# থোং-ঙাম মোন্দুম

## (নুংবী-নুংলেন ঙম্বা)



অইবা :

**সনামহী : মংলেম (তাম্মা)**

খোংমন, ওক্রম চিথেক ।।

# থোং-ঙাম মোন্দুম

## (নুংবী নুংলেন ঙম্বা)

অইবা :

ওক্রম মংলেম (তোম্বা) মীতৈ

বেষ্ট সোসিয়েল বাকর, এৱার্ড ২০০৬, (মণিপুর)

থাং-ভাগী এৱার্ড ২০০৬, ইং (মণিপুর)

লাম্লোয় হঞ্জইনবা, সনা কোনুং, ইম্ফাল।

খোংমন, ওক্রম চিথক।।

কপুম্বা অইবগীনি

তরেং শেনজা : ৬০/-

লাইরিক ফোংবা নুমিৎ - মেরাগী নোংমা পানবা চৈচৎ ১৯।৯।২০০৯, কোরৌ নুমিৎকী থাংজ রাংলেন পুংজা ১.০০ তাবা মতমদা শঙলেন, মিহুল থাং-তা, ওক্রম চিংখৈক।।

রিক মশিং ১০০০ (লিশিং অমা)

তরেং শেনজা : (লুপা) ৬০/- (ভুস্ক)

লাইশংগী, লাইগী ফোটো নম্বা
নোংমৈকাপম নিংথেমপীশক - থোংজু পার্ট টু

লাইরিক ফংকম : অইবগী মশামক
লোয়নবা লাইরিক নম্ফম

নম্ফম : ডিজিনেট ওফসেট প্রিন্টরস,
থোংজু বোরোই মখোঙ

# খুদোল তমজবা

লৌরেম্বা খোংনাংথাবা ঈথৌ
মীতৈ খুন্নাইগী মাইচৌ
ঈনাং কন্ননবা হোংনবদা
পুন্সিগী লাংওন লৌইদনা থুপখিবা ... ॥
অচুম্বা ঈচেলদা তাউথবদা
ঈরাক্লখ্রবা শাবী শনৌ কয়া
কান্নদ্রবা রারিগী লামায়দা
মশেন-মরাং ডাম্ছোইরিবা
ঈডা ঈডেনগী লোংজুদা
লৈকা চোইরবী থম্বাল্গুম্না
ঈখন্নখ্রবা মরেবাক্কীদমক নিংতম লান্দা
তাইবংপানগী অথৌবা অথৌবশিংদা
শিল্লেলোম্বা নপারীনা
খুদোল তমজারি "থোং-ডাম মোন্দুম"
হাওবা লোক্কী লোকচাওবা
নুংবী নুংলেন ডম্বা ঈবুংঙোগী লাইহৈরিকনে ॥
চেংলৌ শন্তুমদি উত্না তম্নারবা
চিক্লবা মোংফম কয়াগী শডুলেনবা
মুংশিরবা থাউমৈগী মৈডাংদা
চেন-চোংদুনা শান্নরিবা মীওইবা খুন্নাইগী
নিংডমহৌদ্রবা শরু পোনাংশিংদা ॥

# ৱাহৌদোক

থওইবীদ্রবী মীতৈ খুন্নাইগী লাইফম-তিনফম, লাইনিং-লাইশোন, লাইৱা, পাথাং-পুথাংকোক্কী লৈজরম্বা পুম্বা ঈরৈপাক্কী মপী-মপা শক্লবা লৈপাক নিংথৌগী ফম্নায়বা (লোইশং কাবা) কয়ানা মীতৈগী লাইওইখ্রবা লৌরেম্বা খোংনাংথাবা মরু (মাইচৌ) নচিংবা কয়াবু ঙকশমদা তাওবা হুইগং-থাংবগুম অমদি কুনাও হং থাংবগুম্না কাল্লে ফুবা কান্দরে ফুবা মতম তাদুগী অকনবা মীতৈলোপকি (হিন্দু লাইনিং লিচৎতা শান্তিদাসকী শেম-শাবা লাইরাদা ঈনিংথৌ পামহৈবা, ভ্যাগচন্দ্রনচিংবা) ঈনাৎকী অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমনা মীওইবা খুনাংগী মনুংদা পুংতোপা তোপ্না ফজথোইনা লৈজরম্ব পুম্না কয়া মৈ থাখিবা, ঈনাৎকী হরাও কুম্মৈ, বারী শিংলুন, ফিজেৎ-চাকচা, থকশি-খাশি, লাইফম-তিনফম, লমদ ভুগী মর্মী ওক্নেক্লুনা মাং-তাক্লবগী মখোং শোম্ব, হুগী লেমলাক কয়া খিকথরক্লুনা ময়াই চনশিনখি, শিরুম-নারুমহনখি।

অসিগুম্বা তমথীরবা থৌদোক কয়াসি তারুবা খংজরকপগী ঐখোয় মীতৈনি, মীতৈ অমগী পাথাং-পুথাংকোক্কী ঈনাৎকী চৎনবী মালেমসিদা

লৈরম্নরোইদবা ফজরবা খুন্নাইসিগী অশেংবা শক্তমনা লৈখা-তারকপা, কংলুরবা উপালগুম্না শিরুম-নারুম হৌরম্বদগী য়েন্নীং হুল্লকপা, মতম অদুগী মীতৈগী অরিবা নুংশিৎনা অমুক হল্লক্লবা ফাওবসিদা চমোৎনরবা ব্রাহ্মে-ব্রাতা, লাইনিং-লাইশোন লুর-লুরবা লাইফম-তিনফমগী মমিং (নোংমাইজিং - বারুনি; হিয়াংথাং - ক্যামিখিয়া, মোংবহনবা - মহাবলি; লাংথবাল - কাঞ্চিপুর, লমাংদো - বিশেনপুর) হোংদোকপা হৌরকখি। মিৎ খুমজিনলগা চফু থুগায়বী শান্নবগুম্না হিংলিবা মীথীবোং মীতম্বালগুম্না লাইরিক হৈরগা লাইশু খংদবা, হো উরিৎ নাপংবী নমানা কৌবী তাদবী নপানা কৌবী তাদবী কয়াগী মরক্তা পোকচরকপনা মীতৈগী অহোবা কয়াসি উজরুবদগী নৌহৌননা মীতৈগী অরিবধু থিজিনবা হৌজরকই।

'থোং-ঙাম মোন্দুম' লাইগী মমৈদা হিন্দুগী মহাদেব অমা নপশিন্দুনা উতাংবীগুম 'থোংঙাম মোন্দুম মহাদেব' হায়না খংনরকইবসি চহি চহুমলোম শুরক্লে। অসুক কুইরবসি করম্না লৈরকপনো, করম্না মিংথোলসি থোরকখিবা হায়বা তং তাবা অমা থিজিঞ্জরুই। ঈয়াম্বা লাইপু (পীবা) ওইনা পুবীরীবা লাইওইখ্রবা সলাম ইবোতোন লাইপুগী মচানুপা অহল সুভাষ তোকচীংদা লৈবনা লাইগী থৌরম তৌরম্মী।

লাইগী মরমদা হংলুবদসু খঙলমদবদগী থিজ-হুমজদুনা ১৯৭২ ঈঙা থাদা মোইরাংদগী হোংলকপা কক্চীং খুন্নৌদা লৈবা পেনা শকপা (মীতৈ লাইরা-তীনব্রাদসু অখং-হৈরবা) নোঙ্গা লম্বী তানখ্রবা সিনাম সনাজাওবা ঈধৌগা থেংনজদুনা থোংঙাম মোন্দুমগী অকুপ্পা লুর-লুরবা ৱারী, লাইরা কয়ামরুম তাকপীরকই। তশেংনমক হায়রবদা ঙসিগী মাইচৌ শাবা অখং - অহৈ কয়ানা খংদ-উদবা ৱারী কয়াসু লৈরিবনি।

মালেম পুম্বগী লৈময়োন ওইরিবা মীতৈ লৈপাকশি লাইয়ামনা খুন্দা লৈতারম্মী, খুন্থোকলম্মী হায়বগী থাজনরিবদি মাইকৈ খুদিংদা খুরক হাংদনা উমং-লাই লাইফম কয়া-কয়া লৈরিবসিনি। কৌব্রু, থাংজিং, নোংমাইজিংনা থবক থৌরম কয়াগীদমক থৌনিজবদা পীনবীবা ঙম্নমক্লা লাইরৈপাকপু তাক্লিবনি। চীংঙু মতীক লৈরবা অনিং অনিংবা পীঙমলবা, চাদা-নাওদা মমিৎতা মচা উঙমদবা ফংহনবীরবা 'থোংঙাম মোন্দুমগী' ''নুংবী নুংলেন ঙম্বা'' ঈবুংঙোনি।

নুংয়াই ওইনা উরবা, শাফোংবীরবা চীঙু নোংপোক নিংথৌ পাঙ্গলবনি। মহাদেব নত্তে; মতমদুগী অওনবনা থমাইশনখিবনি। লাইথৌদা লমলানবা লাইগী মিংদা লান্না থোনবা হায়বসি তৌহৈদবা অা ঈপা-ঈপু পুরেল নাকক্পশিংদা লংজবা তাগনি,

মরমসিনা থোংঙাম মোন্দুম নুংবী নুংলেন ঙম্বা ঈবুংঙো হায়না কোলোইনরসি ।।

মতম কুইনা থৌওইবীরুদ্রবা ঈরৈপাক্কী লাইনিং-লাইশোন, নাথৈরুরবা ঈনাৎকী চৎনবী ঙসিদি য়েনিং হুল্লকলে তাঙ্গা চারক্লুবা মতমসিদা লাইগী ৱারিসিবু ঐনা খ্বায় তরাগী মফমদা শিন্নজনবগীদমক্তা নমথোকচদুনা ফোংদোকচরে। অখং-অহৈ কয়া, খুনাইসিগী মতিক ময়াই লৈরবা কয়ানা পাবীরগা অচুম অরানগী মতাংদা কুপ্পা নৈনবীরগা অরানবা কয়া য়াওরবসু অইবা ইশামক্তা তাকপিরবদি মথংগী খুৎনমদা হরাও হরাওনা চুমথোকচগনি। লাইরিক অসিনা মীতৈ খুন্নায়গী পুক্কেদা হাপচিনবীদুনা তুংদা হৌগৎলক্লীবা মীরোনদা খজিক্তুং কান্নবা পীবীরবদি ইজমন মহৈ য়াল্লে নিংজগনি।

১৯৮৯ লমদাগী হুমনি
পানবা ইরাই নুমিৎ,

ওক্রম মংলেম মীতৈ
খোংমন, ওক্রম চিথেক

# তৌবীমল খঙবা উৎচরি

"থোং-ঙাম মোন্দুম" হায়রিবা লাইরিকসি খুৎই ওইনা ইজদুনা চহি কয়াগী মমাংদগী (১৯৭২ ইং) অসুক কুইরবসি ফোংদোক্তনা থমজরকখি। ইখং - খংহৌদনা ইডুকেসন (এস) না গ্রান্ট পীননবা ফোংদ্রিবা লাইরিক অইবা থাগৎলকপা য়াগনি হায়দুনা পাউ-চে (খবরদা) ফোংদোকখি, ঐসু অইবা অমা ওইনা মহৌশাদগী লৈরক্লবা রারী শিংবুন, লাইফম-তিনফমগী মনুংদা শিংথানরিবা *"নুংবী নুংলেন ঙস্বা ঈবুংঙো"* চীংঙু নোংপোক মিংথৌ পাঙ্গলবগী শাইওন ওইবা থোং-ঙাম মোন্দুম হায়না খঙনরিবা লাইরিকসি থাগৎচরুই ।।

ঐগী হোৎনজবগী মহৈনা লাইরিকসি গ্রান্টগীদমক Government Order No. 29/18/1998. SE(S)dp.15/12/2000, কি চৎন পথাপকি মতুংইন্না খনবীরকই। ফংফম থোকপা শেনফম ফংজখি।

১৯৯৮-৯৯ ইং কুমজা, থোংজু কেন্দ্রা, বাসিখোং জিলা পরীষদকী মীখনদা লেপ্তুনা জিলাগী থাক্তা মীয়ামগীদমক কৎথোকচনিংবদগী য়াওজখি। নোংমা ফোংগে খন্না নোংমা হৌখি। তঙায়ফদনা

ফোংনবগী ঈখৌলাংবনা হেনজিল্লকপনা মরম ওইনা ফোংদোকচরে। শেল মতেং খরা পীবীরকপগীদমক ইডুকেসন (এস) কী থৌবুবা ফম্নায়বশিংবু তৌবীমল খংবা উৎচরি।

লোয়ননা লাইরিক অসি পুথোক্লবগীদমক্তা থরাই হকচাং য়াওনা প্রেসকী প্রোপাইটর, লোয়ননা থৌশুবশিংবু অইবনা তৌবীমন খঙবা উৎচরি।।

আইবা



# MAHARAJA OF MANIPUR

SANAKONUNG, IMPHAL



## ইনিংথৌগী ৱারোল

সনা-কোনুংগী লাল্লোই হঞ্জবা ওইবীরীবা ওজা ওক্রম মংলেম (তাম্মা) মীতৈনা হন্দক 'থোং-ঙাম মোন্দুম' কৌবা লাইরিক অমা পুথোকপীরকপা (ইবীরকপা) অসিদা ঐগী থম্মোয়দা য়াম্না নুংঙাইবা অমদি চাওথোকচবা অমা পোকচৈ।

অইবা অসি মতম শাংনা সনা-কোনুংগী ফম্নাইবা অমা ওইনা লৈবাক্কী অমদি ইনাৎকী ওইবা থবক থৌরম কয়াদা অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লাক্লবা মীশক অমনি। ইনাৎ লাইনিংগা মরি লৈনবা লাইরিকখক্তা নত্তনা অতোপ্পা, ৱারেং, শৈরেং কয়া ইদুনা লৈবাক্কী থাক্তা গ্রান্টনচিংবা ফংখ্রবা অইবা অমনি। য়াম্না পীকলিঙৈদগী হৌনা ইপানাৎ-ইপুনাৎকী মমল য়াল্লবা 'থাং-তা' অমদি ইনাৎ লাইনিং অসিগী মরমদা অৱাৎপা কয়া, খরদং

ওইরবসু মেনখৎপা ঙম্মন্না হায়দুনা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্কুনা, মতম চংনা, অহল-লমন কয়াগী মনাক্তা চংজদুনা থীজিনজবা মীওইনি। অসিগীশু মথক্তা খুঙ্গংশিং শেমগৎ-শাগৎপদা খোঙদাজদুনা মীয়ামগীদমক অঙম্বা থৌদাং য়াজখিবা খুম্বুবা, খুল্লাকপা (বাশিখোং গ্রাম পঞ্চায়েৎকী প্রাধান, ১৯৯২ ইং) কাখিবা মীশক্নি। পুম্নমকসিগী মহে ওইনা মমাংদসু অদুগা হন্দকসু অইবসিগী লাইরিক 'থোং-ঙাম মোন্দুম' অসি ইরকখিবনি। লাইরিক অসিগী মরমদা য়াম্না মরিক চুম্না অপাবশিংদা খংহল্লগনি। মসিনা কংলৈ ইনাৎকী পুক্কে অসিদা মমল য়াম্নবা লনগৈ অমা ওইরগনি থাজজৈ।

মতুংদসু অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক কয়া পুথোকপীরক্কুনা ঐখোয়গী ইনাৎকী-পুক্কে অসিবু হেন্না মপুং ফাহনবদা অইবনা অচৌবা থৌদাং লৌবীরক্কনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা অদু থমজবগা লোয়ননা পুক্নিং হন্দনা, মতম শাংনা তেক্তা কায়দনা নৈবাক্কী অমদি ইনাৎ-লাইনিংগী থৌগল তৌবা ঙম্বা ইবুধৌ পাখংবনা নোংদম্বীবা ওইরসনু।।

22.11.09.

ইম্ফাল,

লৈসেম্বা সনাজাওবা

চৈচৎ, ২২।১১।২০০৯ ইং কুমজা

(নুংবী নুংলেন ঙম্বা)



থোং-ঙাম মোন্দুম
(লাইগী অশেংবা শক্তম)

## 'মোন-দুম চীং'

মোন :- থব্রাই পানবশিংগী মনুংদা মীওইবনা লাই হাকতক্তগী শিজিন্নরক্লবা লুরেল কোকনা খাংননবা পুন্সিরোল ওইবা খ্বাইদগী মোল্লবা মোন-মোন লাওরবা পোৎ অদুবু 'মোন' কৌই।

দুম :- করিগুম্বা পোৎ নৎত্রগা থব্রাই পানবা অমা লাইজ ঈশিং ঈপাক্তা লংথদুনা থাদবদা খোঞ্জেল অমা থোকই। থোকলিবা খোঞ্জেলদু 'দুম' লাওই হায়বগীদমক দুম কৌই।

মোনবু লাইজ ঈথক্তা থাদবদা দুম লাওই হায়বগীদমক 'মোন + দুম' হায়না কোলোইনখিবগী হৌরকফম ব্রারীনি।

মীতৈ লৈবাক্তা চীংঙু সিদবগী কুম্মৈ মপুং ফানবগীদমক্তা লাইনিংথৌ 'সনামহি পাখংবা' অনিনা কংলা ফম্বালগীদমক্তা মালেম লৈময়োনসি তরেৎলক কোয়খিবগী ৱারী য়াম্না পাক শন্না লৈখরে। সনামহিনা নেংখোং কোয়, পাখংবনা ফম্বাল, সনা কোনুং তরেৎলক কোইদুনা ফম্বাল তোংদুনা নিংথৌ ওই। অদুদগী সলাই তরেৎ শন্দুনা মীতৈ লৈবাক হায়বদি তমগী শরুকপু সলাই খুদিংগী নিংথৌ পানবা অমসুং লম মচেৎ মচেৎ য়েনথোক্লদুনা ফম্বাল তোংনরম্মী। (১) মঙাং সলাইনা কংলৈপুং (কংলা) ময়োন্দা পাল্লম্মী। (২) লুৱাংনা অৱাং মাইকৈদা লৈবা লুৱাংসংবমদা পাল্লম্মী। (৩) খুমন্না পুমলেন, ইকোপ্পা কোনবা লমদমদা পাল্লম্মী। (৪) অঙোম্মা কোংবা পুরুক শৌবীনা কোনবা লমদমদা পাল্লম্মী। (৫) মোইরাং সলাইনা থাংহী ঙাংঙোয় কেগে মোইরাং লমদমদা পাল্লম্মী। (৬) খা ঙানবনা লৈতোংকোক কোনবা লমদমদা পাল্লম্মী। (৭) সরাং-লৈশাংথেমনা ঈথাই অমসুং চকপীনা কোনবা লমদমদা পাল্লম্মী।

মাগী-মাগী চাকথুং হায়বদী পলঙাকনরিবা লাইনীংথৌ (লাইগা মীগা শম্নরকপা ঈ শুথাং হকথেংনববু লাইনিংথৌ হায়না পাংখকনৈ) শিংগী

পরীংশিংপা নিংথৌরোল সলাই খুদিংমক্কী লৈনৈ। ঈপুধৌ পাখংবনা সলাই তরেৎ শন্দোকলমলবগী তুংদা মহৈ-মহৈ নুংশিনরক্কবা অমদি শা-লান থেংনরক্কুনা য়েংথিনবসু কয়ানি। মচেৎ-মচেৎ তারকপদগী য়েকনবা লমশিংনা মীতৈ লোই চনখ্রিবনি।

কংলা পুং ময়োন (ইম্ফাল) দগী মাইল ৩৫ রোম লাপ্পা লৈখ্রবা 'কক্চীং খুন্নৌ' হায়না খঙনরীবা রাইখোংদগী পংলাপ লাপতবা খুলগী ময়া নক্না 'মোন্দুম চীং' মোন্দুম, অপোকপনা শাইওনবা 'হাওবা লোক্কী লোকচাওবু, নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ঈবুংঙো চীংঙু পাঙ্গলবগী' খুভমসি লৈরে। লাইগী মশাইকোন ওইরিবা মফমসি পুমলেন পাংকী খা-মৈরম পাংবা মচিনমক্তদা লৈ।

মমাংঙৈ চহি চা কয়াগী অকাও-পরৈ চন্নরক্লবা থাজনীংঙায় ওইবা উনবীনুংদা কিশী থোক্লরগদবা রারীনি। রারীসি থাংঙৈমক শেংনা থোকখিবা ওইবনা ঈপা ঈপুনা মতম অদুগী মচা মশুদা ফুঙ্গা রারী ওইনা লিবীরম্নবা মরিক চুম্নবা মীতৈগী ঈরলনি। য়েলহৌঙৈদা 'লৈনুং মোরী য়োৎশুং থাংশাবা' কৌবা নুপা অমা লৈরম্মী। লৈনুং মোরীবগী মশাইকোন মপুগী থৌরম শিন্থা

শিনশুফমদি মোন্দুম কোলোইনরীবা লোইবী চীংশাং অসিদনি। হোংনাইদ্রবা শিনফমসীমনা মালেম সনা লৈপাকসিদা মীহৌরোলদগী চৎথজরক্কুনা নাক-য়েৎ অমদি অখংবশীংনা য়োৎতেক থাংতোকনচীংবা ঙম্নমক লৈনুং মোরীবদগী লৌদুনা তাইবংশিংনা শীনসুনরম্মী।

য়োই-ময়াই লাইরেল তাউদনবা নুমীৎ সনা খোম্মদোন অতোনবসু তরং মালং পুংদা লেপ্তুনা অপোকপগী শিন্থা তুংইন্না কোরৌ নোংগী মঙাল শামলকপনা লুরাং পোইরৈদগী শিনকুমখিদৌরে। লৈনুং মোরী য়োৎশুং থাংশাবা অরা হুইশোক লাংদুনা লোইবী চীংগী চীংদোল পক্লা কারগা পুমলেন ঈপাক ঈকোনগী ফজথোইরবা হরাও মথোয় কারকপা ঈথক্লা জগোই শারকপা, অরাৎপা লৈত্রবা চেক্লা কয়ানা চাক্তারিবা, ঙানু থংঙোং কয়ানা পাইথরক্লীবা, কং-ফুম কয়ানা তাওরিবা, তোকপা চীংনা ফজথোইরবী চনু নিঙোল লময়ৌবীনা লাইজ ঈপাল লাংদুনা হরাও মথোই কানা শান্নজবগুম্না অমদি সংবান্নরবা অতিয়া মকোয় পুংদা থাবুংগী থাজনা ঙাস্থোইবগুম্না উরীবা। লি-রি হুম্বা মালংবনা পুমলেন ঈপাকপু থেম-নৌরদুনা ঈথক্কী জগোই শাহন্দুনা থরাই পানবা ঙম্নমকপু ফজথোইবনা ঈরাক্লুহল্লি। পায়মা উনবীনুংদা অপাম নুংশি খাম্বী

মৈরাইনা চেংলৌ হেনবী লৈরাং কনাগী মমিং তাখিবা লৈত্রবসু কোরৌ নোংমসিদদি মচল শক্লবী মতাও হাওবগী লৈরাং নাচোম্বু উরুবদা মিংকুপ্তা অপাম নুংশিগী পন্থেংনা মুৎনাইদ্রবা মৈরিগুম থুপলবা লকানুংদা সরি ৱাশক্কুনা তেমশিংলগা কিশি পলোন তরেৎ চেৎনা কিখরে।

মোইরাং হাওবদা নিঙোল লৈশাৎ তমজদুনা ওংজবী 'হুইতোং তাওথোং তাইবীনা' মপুরোইবা লাইরবগী ময়াথংবু লুরেলথক্তা থোন, উনবীদুংদা কিশি কিদুনা মবুং শক্লবা লৈনুং মোরী য়েৎশুং থাংশাবগী মকাদা অরেপ্পা লৈতনা খোঙকাপ ইহুন তমলক্লে। লমশাং ইন্না খোঙহাইজরকপগী 'হুইতোং তাওথোং তাইবীগী' মাইথোং থাজদা হুমাং ইরিক্লা অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদা তঙাংলবা লৈরাং থম্বালগী লৈকা খুদিংদা লিক্লানা নপ্পগুম অমদি ৱাই ৱাই তারবা মুরবা শমলাংনা লাংবন থাগী লৌবুককুম মালংবনা হুম্বদা ঈথক হৌনা লেং-লেং চৎপগুম্না শান্নরি। চুমথাং খনবগুম্না নিঙোলগী পীশুম অনীনা মুৎপা লৈতনা থোক্লি। তাংলৌ লৈনা থেংলকলবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অচিকপগী মতম অদুদা ইংনা চিক্লা ঙান্থোইরিবা শজিক থাবাগুম্না উরীবা মীৎস্না লকা অনীনা, নোকমী-নোকমীবা চীন্নালদগী মবুং

শক্লবা লৈনুং মোরী য়োৎশুংবদা য়াকা তমজরকই।

লৈনুং মোরীবা হরাও মীনোক তম, পায়মনুংদা লাংতক্লা মতাও হাওববু কাওথোক্কুনা অপাম নুংশীগী য়ারানা য়োৎসুং থাংশাবনা 'নবুংগী ঈফমদা ইচলনা খোঙদোইরকপবু নিঙোলগী নিংবা ৱায়থুংলক্কবা করি লৈদুনা ...।' হুইতোং তাওথোং তাইবীনা মপুরোইবনা য়াথংলকপা পুন্বা অমত্তা চিংথদনা মবুংগী কাদা তমজখরে। 'লাইর মনাও হাওবনা ঈবুংগী নফমদগী য়োৎ থাং খরা নিরুচো হায়দুনা নচলবু শিন্থাবীরকপনি'।

লৈনুং মোরীবনা ৱাংলেন মিৎকুপ অমা কুপঙদ্রিঙৈদা মতাও ইবুংঙো হাওবগী লৈরাং নাচোম তাওথোং তাইবীবু নত্ত-মিৎয়েংনা লোঞ্জান তালোইশিংদা মিকুপ খরদং চনগে সরি ৱাশকচখিবগীদমক তাংলৌ অহিং অমত্তং পন্থখিবনা হায়দুনা লৈত-লাইর মাংওইনা কোরৌ শিংবুম কয়ানি উন্নরক্কবগী খৌরাংবা মৱাহৈনা লাংগোয় চনখরে। য়োইময়াই লাইরেল তাওদনবা নুমিৎ স্না খোম্মদোন অতোনবনা খুমন মশায়কোন্দা য়ুমচংখিনবা তেমশিংনরে। ঙাইহাক পুংগোয় নাকোয়ননা লৈত-লাইর, অৱা নুংঙায় কয়া শিন্থানরুরবগী তুংদা লৈনুং

মোরীবনা তরং-মালংদা মিৎয়েংতা, মরক থৎনা হাওবগী মঙায় নুপীদা অমুক মিৎয়েং কারন চনখরে; হরাও য়াকা তম্না মচলবু য়েংলদুনা শমথরকই। 'ইবুংগী ঈবেম্মা চেংলৌ হেনবী য়োইময়াই লাইরেল তাওদনবসু অব্রা হুইশোক লাংদুনা ঙসি কোরৌ নোংগী মপু শিন্থা লোইরদুনা য়ুমচংখিদৌরেদো মোংবা নরানয়াইদা হনখ্রগনু তরা চাকলেন চামিন্নদবা লোইদাম থাজসু য়ান্নক্লে তরা চাকলেন অমত্তং চামিন্নদুনা নোংজাসিমদি লমদনদুনা ঈবুংগীদা য়ারেকমিন্নখ্রসি নুমিদাং চুপ্পা ইতাওগী য়োৎ-থাংদু শারগে ইনুং লৈনা ঙাল্লকপা অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদা খোংশানলো হায়ববু ... ... ... ?'

মবুং মোরীবগী য়ারাদু তারুবদগী মপুরোইবগী চেংলৌ শক্তমবু শকফোংননা মাংমক্তদা লেপলবগুম্না তৌরক্লে। 'ঈবুং নতাও' হাওবা ইশাবী ইঙায় মচানদি য়োৎ-থাং অমত্তা রাৎতনা লৈরমগনি, হেক পীরকপগা পন্থবা তৌদনা খোঙশানলকউ হায়না য়াগংবীরকই। য়োৎ-থাংসু লৈত্রবদি রাংলেন মিকুপ অমত্তা পন্থজররোই। হয়েংগী য়েন্দা অঙনবদা নচলগা ইশাবী ইঙায় ঈবুঙোগা খোঙহাইজরকে পুন্না তরা চাকলেন তম্মসিদো'।

কায়নিং কায়নিং তৌরক্লবা লাইজ চোল্লকলবা পলগুম্না মচল শক্লবা হুইতোং তাওথোং তাইবংগী য়াব্রাশিংদু তারুবদগী ইকায়-নুংশি য়াম্নানা অরোয়বা ওইনা থেমলম্মী। 'ঈবেম্মা, ঙসি কোরৌ নোংজাসিমদি লৈনুংদগী য়োংকী য়োংচাক পেকলুবদা য়োং-থাং শাবা নংহৌদ্রবনি। ইতাও ইবুংঙো নুংশিবা হাওবনা য়াথংলকপা অচুম্বমক্লি, কোরৌ নুমিৎ শিংবুম কয়াদদি ব্রাংতনবা অদুমক মরৈবনি। ঙসি নোংদি ঈচলসু লাইর খাংপোকশঙ নোংলেনলু তমখিবনা ... ...।' লৈনুং মোরীবনা ফনা থেমদুনসু থাঙ্গ নিঙোল কাগী পায়মা পীবুকনুংদদি মতাং য়াওদবা উতোংদা লাইজ-ঈশিং হৈবগুমখরে। তাওথোং তাইবীনা মিৎস্না লকা অনিমক তথক-তথক্লা মবুং-লৈনুং মোরী য়োংশুং-থাংশাবদা হায়জরকলম্মী। 'ঈবুং নতাও হাওবদু সমু ময়াথংবু মালেম লৈদা তাহঞ্জবা ঙমদবদগী খোঙহাইজরকপনি। থেংলবসু থেংজখিসনু নচলদি ঙসি কোরৌ নুমিৎসিদা ঈপুরোইবগী নাক্তা য়ৌহৌদ্রবদি ...।'

ব্রাহৈ খরসি হায়রম্লগা তাওথোং তাইবী খোঙশানবা হৌবদা মঙাইরি। লৈনুং মোরীবনা খোংলৈ থুনা তাওথোং তাইবীগী খুজেং পায়রদুনা কয়ারক হায়জদুনা ফাদুনা থমখরে। নাম্হোকপা য়াররোয়

খংলদুনা লৈনুং মোরীবগী মকাদা হায়জদুনা নোংলেঞ্জরগে হোয়াখরে।

নুমিৎ স্না খোম্মদোন অতোনবসু তরং পুংদগী মপুগী শিন্থা লোইরদুনা য়ুমচংখরে। অদুম ওইনমক মমলমদাইগী অমুক্তং ঙাস্থোরকপা চরক অদুগী ফজথোইরবা ঈথক-ঈপোমগুম্নবা নোংজাবীগী মপৈনা সনাগী ঈথক পরেংগুম্না শন্দোরকপা অদুদা কঙাওনরবী হুইতোং তাওথোং তাইবীনা মশাবী হাওবদা পাওজেন্নবগীদমক্তা মনাক নকপা অউবা পোম্বী ক্লাক অমদা অমুবা মহীগী উতোং মচা অমা চরৈ-ফি নমখাংদগী খোজ্রুনা পুহনখিরম্মী।পোম্বী ক্লাকনা লম্ফাখাংদা য়েংনিংবা, খংনিংবগী ঈখৌলাংবা, লাংতক্লুবনা মৈরাইরক্তুনা মচিন্না চিকলিবা উতোং অদু ঈথায় চীংজিন লাঙ্গোকলগা কনাসু উদ্রবা মফমগী কোংকুৎ মচা অমদা উতোং অদু মখুম হাংদোক্লুনা মচিন্না থিংজিন্দুনা য়েংজৈ। হন্না হন্না লুপতুনা য়েংবদা মচিন্দা তৈরকলিবা লংনা মুরবা মচু অদু উবদা মশাগী অঙৌবা মচু পুম্বদু পামলক্লরে। কোংকুৎ অদুদা উতোংদগী মহি অদু হৈথরদুনা ঈরুজরম্মী। উরোক্লুম্না ঙৌজরম্বা পোম্বী ক্লাক অদু অঙৌবা মতূ অমত্তা উজবা ফংলক্লরে। পোম্বী ক্লাকনা অরেম্বদা শিজিন্নখিবনিনা হাওবগী নাক্তা য়ৌখিদরে;

হুইতোং তাওথোং তাইবংগী য়াব্রা পাওমেঞ্জবদু অরেম্বা ওইখরে।

অমম্বগী লাইরেম্বীনা নাওশুমগী পোরোন শৎলদুনা তাইবংপালসে অসুম অসুম অকি তুজংবগী মাইয়োক্তা পুশিনবীরক্লে। মিকুপ-নাহুম কাংদনা য়োৎ-থাং শারিবা লৈনুং মোরীবনা খোঙকাপ ঈহুল্লকপরা নাপ্লা চিক্লা তাজরগা পাইরক্লিবা চেক্লা উমু অমদা পাখোল্লোই ওইনা অমুক কোরিগী উতোং মচা অমখক পীদুনা অরোইবা ওইনা থাখিরম্মী। উমু চেক্লাসু খরা পাইরগা মোইরাং লমলেন য়ৌরমদায় তোয়াই লমজাও (কৈবুল লমজাও) য়ৌরক্লবদা মহাক্লা চিকলক্লুনা পুরকলিবা উতোংদু য়েংনিংমনখ্রদুনা মপাং চেক্লা অমত্তা খংহন্দনা হাংদোক্লুনা মচীন্না লুপতুনা য়েংলম্মী। কোরিমুক ঙান্না য়াম্না ফজথোইনা মতোমতা য়েংজবদা পামজমনখ্রদুনা লোক্তাক ঈপাক্তা চাক্তাদুনা নাথৈরগা লৈথোক্লম্মী। মিংকুপ নাহুম খরদং ঙাইদুনা লৈরবা ফাওবদা পোম্বী ক্লাক, চেক্লা উমুসু পাওহল্লদরে।

লৈনুং মোরীবনা য়োৎ থাং শাদুনা ব্রাংলেন মিকুপ অমা ফাওবা লোইঙমদনা তাওথোং তাইবীবু কুপশেন শেন্নজরম্মী। উপায় ফংদ্রবা নিংঙোল মাসু মোইরাং

লমদম য়েংন-য়েংনা তরা চাকলেন লোইরদুনা মবুং লৈনুং মোরী য়োৎশুং থাংশাবগা তাংঙায় ফদনা চিনদমখরে।

নিংঙোল মহাক্না থোংবা কোরৌ নুমীদাংগী চাকলেন অদুনা মহৌশাদগী হেন্দোক্না হাওখিবনা অমদি অয়ুক নুমীদাং চুপ্পা শিনশুরুবগী অৱা পোথানিংবনা খাংপোকশংগী ময়া নকনা হৌরিবা নাপী শীংবী, চরোৎ-তুম্বৌ মরক্তা চরে-ফীবু থারদুনা লৈনুং মোরীবনা নিঙোল মাগী ফীজি-ফিনাগা পাখং মাগী চরৈ ফিজীগা চেৎনা কিশিন্দুনা ঙাইহাক হকচীক লাংনিংমনরদুনা অৱা ভুইশোক লাংমিন্নরম্মী। পোমশাংনরম্বদগী শাৎকায়বা মপুং ফাবা লোয়বদুনা ফজবগী মপা লৈরকত্রবা লৈরাং খমবাল চামা নিপালগুন্না উরিবা লৈকা খুদিং তগং তগং তেকলিবা খোইনু শাহুম ফংলদুনা লৈহী ঈখৌ কোরৌ নুমিৎ শিংবুম কয়ানী লাংজখ্রবী ওইদুনসু লৈমন চনদ্রিবী, লৈকা চোয়না কেঞ্জদ্রিবী লৈরাংবু করম্বা খোইমুনা কায়দোংদনা শামায় লৈখিগদগে ? হুইতোং তাওথোং তাইবীগী মোল্লবা ওইথংবা মফৈগন্দা মোন খাংলদুনা লৈনুং মোরী য়োৎশুং থাংশাবা অপাম-নুংশিগী ৱাখল পুম্বা থাদোক্তুনা নিংঙাইদনা খোমলেন তুমখুল তানখরে। তপথদ্রবা পায়মা নুংগী ঈচেলদা মপুরোইবা হাওববু

লাইদা লাইগুম্মা মিকুপ খুদিংদা থাদোকচদবা, নিংজদুনতা মরৈখিবনা অমদি লিচৎ চুন্বী ওইজরকপনা চীংঙু সিদবা, সিদবী অনিনা উকল ওইনা তেংবাংবীরদুনা লৈনুং মোরী য়োংশুং থাংশাববু উতুপ তাবগুম্মা তাহনখরে হুইতোং তাওথোং তাইবীগী পায়মানুংদা করম্মা নাম্থোকলসিগে হায়বগী ৱাখল লিশাং থারক্লে। মোল্লবা মফৈগন্দা তুমখুল হুল্লিবা মবুং লৈনুং মোরীবনা খোমলেন মিকপসু থোক্তনবা মাগী ৱাখলসু কায়দনবা লাম-লামদুনা মোল্লবা নাপীশিং অদুনা 'মোন' অমা শাজরম্মী। অমঙ-য়াইথোং কুমলবা সমু হকচাংগুম্মা য়াতারীবা মবুং শক্লবা লৈনুং মোরীবব্ থোং-নৌরবা খুংশানা লুরেন কোক অদু তপ্না থাংথরগা থওইনা শেমজরবা মোনগুম্না মতুম তারবা নাপীগী মোন অদুগী মথক্তা থন্নগা ঙসাই ফিজি-ফিনাদা কিখিবা কিশি পুম্বা থোক্লদুনা শাবী মঙায়গী মরানয়াই তম্না তাংলৌ লৈনা থেংলক্লবা অহিং অদুদা খোংশানবা হৌরক্লে।

মপুরোয়বনা পায়মনুংদা ৱাজরমগদবা অমদি পায়মনুংদা খল্লমগদবদু নিঙোল ওইবীগী মকাদা তপথবা ঙমলক্তরে। শোংলবা মোংশোং, থেক্লা খোয়না য়াংদৌ লম্বী লমশাং লাকপদা পোম্বী চেক্লা অনিখকপু ৱাখল লিশাং থানা নিংশীংলক্লে। 'হা পোম্বী, ক্বাক, চেক্লা উমু

নখোয় অনিনা ঈশাবী ইঙায় ঈবুংঙো থংলেন মাঙ্গা পাম্মুবগী মকাদা পাওজেলজববু হোইয়াখ্রগা অমত্তা পাওহনবীরদবসিনদি অরেম্বদা শিজিন্নখিবনা ঐগী অনিংবা কয়াদা কায়হনখিবা অমদি ঈপুরোইবগী য়াথংবু মালেম লৈদা তাহল্লবকো ... !!!'

ঙসি কোরৌ নোংজাদগী অমুবা কুমলং মহীবু পোমবী ক্লাক নংনা শীজিন্নথোক্লুনা নশাদা খজিক্তং ওইনা চুখীবা থোক্লুবা চনু নিঙোল ঐনা লিচৎ-চুম্বী ওইরবদি থেংলু থেংলুবা চুখিবা পুম্বা আ তুংগী চারোল শুরোন ফাওবা অমত্তা কোক্তবা ওইজদুনা ঙৌরবা নখোয়সে মৈতালমুক মুবা ইরোকো।

তাংলবা য়াইবী থবায়গুম থমজবা কোরীগী উতোংবু পাওজেল্লে ওইনা চেক্লা উমু নঙোন্দসু শিন্নজখিবা, ঈপুরোইবগী মকাদা য়ৌবীদ্রবনিনা নংগী নশাদা থেংলু থেংলুবা মফমদা ঙসি কোরৌ নোংদগী হৌনা কোকপা লৈতনা আ তুংগী চারোল শুরোন ফাওবা চুদুনা লৈবা ওইরোকো। অসুম্না সরি- রাশক্তুনা হুইতোং তাওথোং তাইবীনা পোম্বী চেক্লা অনিব চাং য়েংখিরম্মী।

চেক্লা উমুসু কোরৌ নুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা মচিন মখৈ ঙাংবা ওইখি।

- পোন্বী ক্লাকসু অহানবা মপুগী শিন্থা তুংইন্না উরোক কুম্না ঙৌরম্মী হায়। অমুবা, মচুনা শংখিবদগী ঙসি ফাওবা মুরিবা অসিনি। চুম্বা তাই করি করিগুম্বা অমদা মুরবা ক্লাক্কী মতু মরক্তা ঙৌরবা মতু উবা ফংলিবসিনসু খুদম অমনি।

- উম্ চেক্লাসু মচিল ঙাংলমদে মশাগী মচুগুম্না তৌরম্মী হায়; ঙাংলিবসি কোরিবু মচিলনা লৃপ্তুনা য়েংলৃবদগী ঙাংখিবা ওইবা তাই।

য়াইবী থরাই পাম্মুবা লৈতনা ঈনুং ঙানদ্রিঙৈ ভাইবং কনানা উদ্রিঙৈ মোইরাং হাওবগী মশানৌ ঈবেম্মা হুইতোং তাওথোং তাইবী ইংনা চিক্লবা মতম অদুদা হুমাং ঈরিক তানা মালেমলৈদা খোংতাদবা মখৈ লাকচবনা মশাবী কাদা থুংজখরে। মোইরাং হাওবসু লাইর খাংপোকশংদা অরা হুইশোক লাংদুনা খোমলেন তুমখুল তানঙমদা পায়মা-পুক্লিং লৈতাদনা মপালদা মৈরা থাল্লদুনা ঙাইজরম্বদগী মোইরাং থাংজিং মপুনা হাওবগী মতৌ য়েংঙমদ্রদুনা খোমলেন তুমখুল তালহনখিবদু নিঙোল ওইবী মহাক্কী সমু হকচাংনা থেংলগা অপাম নুংশি কুমজা কয়া কায়নরুরবা শাবী শানৌগুম্না কৌজবা অদুদা রাংলেন পুংজা কয়া ইশি-শিনা তুমখুল হুললুরবা

হায়ববু ইফিং-ফিংনা খোমলেন মিকপ থোরক্কুনা পায়মানুংদা নুংনাংজরম্বদু অনৌবা মপোক্কুম হরাও তয়ামজরম্মী। লাইর খাংপোকশংদা শাবী-শানৌ অনিমক অরা পোথামিন্নরদুনা অকি-তুজুংবনা থল্লবা রারী পুন্না মশাবী কাদা পায়মা পুক্লিং তেংনা ইকায় নুংশি য়ান্নন তমজখিরম্মী।

অসোমদদি লৈনুং মোরী য়োংশুং থাংশাবনা খোমলেন মিকপ থোরকপদদি মোইরাং হাওবগী তালোই চেংলৌ হেন্না নিংথিজবী হুইতোং তাওথোং তাইবীসু ঈনুং-সোরা তৈরেমদাই থৌরানমীচাক্কী মপৈনা মুংলমদায় মৈরানা ঙানখংলকপগুম ঈনুং ঙালমদায় অদুদা স্না মিংয়েং তাজরুবদদি খোমলেন মঙলানগুম্না তাইয়োন্নখরে; লৈরমদরে। মৈনম মৈরা অদুনা মুংশি-মুংশি মৈচাকপদু উরুরগা লৈনুং মোরীবা খোইদৌ থিংনা খোইশাওননা কৈবুল মনুংদা লৈরম্বা পান্না কৈরেল কৈজাওগুম অচিকপা রাংলেন পুংজা অদুদা মদোম তকশি শোল্লদুনা য়ারা খোঞ্জেল থোক্না হায়জখিরম্মী।

'লাকচৈদা সরিসো লাংগোয় চল্লবী হাওবগী নাচোম লৈরাং নিংথিবী হৈরাং লোঙ্গা চা, লৈরাং লোঞ্জীল চিঞ্জগে থৌরাংজরুবদি মোরীবা ঐবু

শুমহৎলম্মগা পোইরে তামখ্রবা থাহিং ঙাঙোই কেগে মোইরাং লমদম পাংদুনা মশাবী মকাদা য়ৌখ্রবকো ?' রাহে খরসি হায়রম্লগা মখোয় মরিন থিৎপ-মখৈ অশাও পরৈ চল চরাম্নরবা নোংশাগুম্না মকনথিনা খুবাম চেৎনা পায়রদুনা 'মোন' শাদুনা মফৈগী মহুৎ শিন্দুনা থনম্লবা মতুম তারবা মোনসু মোল্লবা মালেম নৈশা পাক্লবা খরসু হক্লবা, লুপ্লবা মোনগা পাংখক ওইরবদু পুমলেন ঈকোল ঈপাক্তা লংথখিরম্মী। নৈনুং মোরীবনা খাম্বী মৈয়োরকপগুম অশাও পরৈ থিংঙমদনা ঙমজবী থারদুনা লংথখিবা অদুদা 'মোন' অদ্ চিক্লবা মতম অদুদা 'দুম' লাওনা লাইজ ঈপালথক্তা তাখিরম্মী। ঈরাই-ঈনিলগা লোয়ননা হুইতোং তাথোং তাইবী লিচৎ চুম্বী লাইগী মপোককুম্বীনা শেম-শাদুনা থমজরম্বা নিঙোল মফৈগনগা পাংখক্লরবা 'মোন' অদুসু অসুম অসুম লুপথখিরম্মী। 'মোন' অদুনা 'দুম' লাওনা তাখি, লুপথখি হায়দুনা মফম অদুবু 'মোন+ দুম' চীং কোলোইনখিরম্মী।

নৈনুং মোরী য়োৎশুং থাংশাবনা কুমজা কয়াগী মমাংদগী মহাক্লা নৈরিবা নাক-য়েৎ, অকোয়বদগী য়োৎথি য়োৎচাক পেক্লগা রানা য়োৎ-থাং রাৎতনবা শাদুনা মতম অদুগী নৈশেমলোলগা মরী নৈননা শিনশুরম্মী।

অপাম নুংশিগী ঈরৈদা শানৌ কনাগুম্বীগী পায়মা নুংদা চেংলৌ শক্তম লকানা লেংদ্রবা ঈচেল অমা চেল্লমদ্রবসু নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদা মোইরাং হাওবগী তালোই হুইতোং তাথোং তাইবীবু অপাম-নুংশি লোঞ্জানগে খল্লুবা অরেম্বা তারবদা ইকায়বা, চোম্পা মতোমতা নংজহৌবদগী কাওঙমদনা অসুম নিংশিংদুনতা মরৈখি। তুংগী চারোল-শুরোননা মোরীবা ঐবু হেক নিংশিংলকপদা নিংশিং পোন্থা ওইননবা লোইবী চীং নংগী কোলোই মিংলেনদি 'মোন + দুম' চীং হায়না মতিক-ময়াই পীরন্নবনিকো ... ... ...। অসুম্না লৈনুং মোরীবনা মচিনঙৈদা থোল্লম্বনা ঙসি ফাওবা খংনরিবসিনি।

## 'থোং+ঙাম'

## (থোংঙাম)

'থোং' হায়রিবা ময়েক অহুম্না শাবা ৱাহৈ অসিমক তাইবং মীওইবা থৱাই পানবা অয়াম্বনা লান্নবা, চৎপা য়াননবা লাইজথক্তা উ-ৱানা শেম-শাবা লম্বী অদুবু থোং কৌই। থোংগী ৱাহনথোক্কী কুপশিন্না নৈনবা তারবদি থোং মান্নবা, মান্নবগী মনুং হঞ্জীনবা অৱাংবা থাক্কী ৱাহৈনি। মান্নবা হায়বসিসু, থোংগী মনাওমক্কি। থোং মান্নবা, থোং মান-মান্নবা লম্বা তৌনহলসি হায়নরিবনি। উখোং য়ুংবদা থোং মান্নহল্লু। পোৎ পুবদা থোং মান্নহল্লু। মান্না মান্নবা পোৎ-চৈনা থোং মান্ননা শেম শাদুনা তু-খোংদা অতেনবা লম্বী ওইনহল্লীবা ফাওনহল্লিবা অদুবু থোং কৌই। অমরোমদা থোংগী ৱাহন্থোক লম্বীনি। লাইনা শেম্বা মখুল (অহোবা) মফমবু অমাঙথোং হায়নরি। নোংপোক থোং, নোংচুপ থোং অসিনচিংবনি।

'ঙাম' ঙাম -ঙমথবা, খজিক্কং চেপথবা, নাকল অমদা পৈথবা ব্রাহৈসিগী পুনশিনবা লোনশুপ মপুং ওইবা ব্রাহৈ ওইনা ফজথোইনা ঙমথবা হায়না খংনৈ।

অঙাম্বা থোং - থোংঙাম হায়বদি থোং অদুনা চেপনা মখারোমদা পৈথবা হায়বনি। মফম মতমগী মতুংইন্না ব্রাহৈ কয়া'মদি মথক্লা মখাদা থংবসু য়াওই। পলেম-পন্থৌ: মনেম মকু অসুম্না অঙাম্বা থোংবু 'থোংঙাম' হায়নৈ। ব্রাহৈসিমক মহৌশা মচিলঙৈদগীনা ঙসি ফাওবা হায়নরিবনি।

থোংঙাম হায়বা ব্রাহৈ অনিনা তাইশিন্নদুনা শাখিবা কোলোই মিংথোল অসিমক কনাগুম্বা কনাগুম্বী কয়ানা য়েক সলাই অমগী মনুং চনবা সাগৈ অমগী য়ুমনাক ওইনা হেক তাবদা খনবীরম্বা য়াই, মদুমক নত্তে; ব্রাহৈগী খোম্থোক, ময়েক মান্নজবগী ব্রাতনি। মনুংগী ঈচেল, হৌরকফম তোঙানলি মমিং মান্নজবতনি। খুদম ওইনা হায়রবদা ওক্রম ওংবী মালিকাগী মচানুপা মংলেম; নিংঙোম্বম ওংবী থম্বালজাওবীগী মচানুপা মংলেম হায়না কৌনবগুম্বনি।

হৌজিক কক্‌চীং খুন্নৌ হায়না তারিবা খুলগী মীওইশিং অসি মীতৈনি। কক্‌চীং খুলেন্দগী হোংথখিদুনা

খুন্দাবা হৌখিবনি। মসিদি চহি কয়া কুইদ্রিবা য়াম্না নৌরিবা খুলনি। 'থোংঙাম মোন্দুম' হায়রিবা মীংথোল অমসুং লাইগী ৱারীসিদি লাইগা মীগা শম্নরিঙৈ মীহৌরোল চহি কুমজা মশিং য়ামদ্রিঙৈ থৱাই পানবা খুদিংমক্কী মরোল খংনরিঙৈগী ৱানি। মোইরাং হাওবগী তালোই ঈবেম্মা হুইতোং তাওথোং তাইবীনা উচেক্তা পাওজেল্লীঙৈগী ৱারীসিবু ঙসি ঙরাংগী অমদি চহি চামরি/চামঙাগী নত্তে। আ মমাংঙৈগী লৈরমলবা পনকোক্কী ৱানী।

চহি চা কুমজা কয়া হৌখীদুনা তুংওইনখ্রবা পাথাং-পুথাংকোক্কী ৱারী শীংলুলনি। হৌজীক খুন্দাদুনা লৈরীবা কক্চীং খুন্নৌগী মমাং চীংখে পাংবদা তুমু হায়না খংনবা খুল অমা লৈরম্মী। তুমু পুম্নমক্কী মতীক ময়াই লৈরবা তুমু লাকপা নিংথৌনা থাংহি ঙাঙোই কেগে মোইরাং লমদমগী নিংথৌগা অঙকপা ফংনা য়েংথিনদুনা হুয়েন লান্থেংননবগীদমক শেম শারম্মী। অফোংবা হায়না শিংনবগী হুয়েন লানদা থাং তা, মুক্না অমদি হৈশিংবনা শয়েং পান্থোম ঙান্নদুনা মাইকৈ অনিমক্কী লানবল শানদুনা থৌনা ফনা লান্থেংনরম্মী। অশিগুম্বা থাইনগী লান মওংসি হৌজিক্কী হুরান লোঞ্জাগী লানজং লান্থেংগদি য়াম্না খেৎনৈ, তৌনদরে ।

তুমুলাকপা নিংথৌনা মনাই মশন হায়বদি খোংমী লান্মীশিংগা লোইনরদুনা 'মোন্দুম' তম্না ফুজিল্লক্লম্মী। শিংউৎ-শিংনাং অমদি উরি ৱারী, উ-ৱ্রা কয়াগী মরক্তা লেপ্তুনা খোংহায়রকপনা পুমলেন পাৎকী হুইজিনলকপা ফৈগাক ফৈনা থৎলিবা 'মরাম্বা (মরানবা) মরিন' য়ৌরক্লে। ঈচেল ঈরৈ কল্লবা 'মরম্বা মরিন্না' ফৈগাক ফৈনা থৎলমবা অদুনা পায়মা পুক্লিং লাংতক্লা মনাই-মশনশিংবু থোং অমা শানবগীদমক্তা য়াথংখিরম্মী। মিকুপ নাহুম অমা ফাওবা পন্থদনা তুমু লাকপা নিংথৌ হুইয়েল লান্মীশিংনা কল্লবা ঈথক-ঈরৈ অদুদা থোং অমা তংঙায় ফদনা লানথোক্লনবগীদমক শারম্মী। মখোং য়াওদবা থোং ওইবনা লাইজ ঈপাল থক্তা লুপনিং-লুপনিং খাংলম্মী। তুমু লাকপা নিংথৌ অমদি লান্মীশিং অদুনা লানবা হৌরকপদা থোং অদু ফেরে ফেরে হায়দুনা মতিক মপা চাদবগী হৌনবা মখা পাংনা ঈচেলগী তুংইন্না ঙমথরম্মী। তুমু লান্মী পুম্বা লান্থোকপা লোইরে; য়াররোয় খংলবা থোং অদু তুরোই ঙামলোই ঙামথনা লৈহৌই। অসুম্না উচিল নাচিন্না অহানবা খোংহৌদা মাইপাক্লা খোংহায়রক্লুনা মোন্দুম চীংগী চীংশাং নাপোমদা কাখৎলক্লে। মোন্দুম চীংগী খা থংবা মৈরম পাংবদা তেমথোক্লুনা লানবল শারে। তুমু লাকপা নিংথৌনা মিকুপ খরদং মনাই খরগা চীংখোংলোমদা

খোংশানলক্কুনা লমমিৎ-তুমিৎ য়েংথোকপা ওইনা হায়থরকপদা চেংলৌ শক্তম লাক্কা শকখংদবা সামা পাঙ্গল মতা অফবা মীওই মীতৌ চংখোল্লবা তম্বা পাখং অমখক থেংনরম্মী। পাখং অদুবু উরুবদগী চিংনবগী ঈহুন অমনা পায়মা নুংদা চুখিবনা তুমু লাকপা নিংথৌনা মোইরাং পাখং শাফবা ওইরমগদ্রা চিংনরুবদুনা য়েক্লা-লানগোয় চল্লগে খল্লুদুনা নাক্তা য়াল্লিবা কজেং থাংশাংদু পন্থবা তৌদনা শংলম্মী। তম্বা পাখং অদুদি চিংন পরৈ, অকিবা লৈতনা খোংদোইরক্লিবা তুমু ময়াম অদুবু ঙকচানা স্না মিৎয়েং তাদুনা লেংদনা লৈরম্মী। তুমু লাকপা নিংথৌনা তম্বা পাখং অদুবু সংত্রিক্লা য়েংলগা য়াব্রা কোলোই মপাও হংলম্মী। 'তম্বা নিপা পাখং নহাকপু পোইরৈ কৈদগীনো? কোলোয় মীংলেন্না কৰি কোলোইনবগে ? থাংহি ঙাঙোই কেগে মোইরাং লমদগী ওইরবরা ? তুমু লাকপা নিংথৌগী য়াব্রা তারুবদগী লৈনুং মোরী য়োৎশুং থাংশাবা পায়মা পীবুকনুংদা লাংতক্লবা লৈতনা ব্রাগী ব্রাহল্লকলম্মী। 'ঐদি লমলেন লমদমসিদগীনি। পাখং ঐগী কোলোই মিংলেনদি লৈনুং মোরী অশুংবা (য়োৎশুং থাংশাবা) কৌই'। তুমু লাকপা নিংথৌনা, 'নংদি মফমসিদা পুন্সিগী করি শিন্থা পাংদুনা ঈংনা চিক্লা লেনলিবা" লৈনুং মোরীবনা ঐদি য়েলহৌঙৈদগী য়োৎশু থাংশারিবনী।'

তুমু লাকপা নিংথৌ 'ও! য়োৎ থাংদি পোইরৈ কৈদগী য়োৎথী য়োৎচাক লৌরগা পুন্সি শিন্থা পাংবীবগে ?' 'লৈনুং মোরীবনা 'মোন্দুম চীংশাং নাপোম নাক য়েৎকী লৈনুংদগী য়োৎথি য়োৎচাক পেক্লগা শাইদনা'। মীকুপ খরা অসুম্না অরাই অখুম চৎথনরক্লবগী তুংদা লৈনুং মোরীবনা পায়মা নুংদা লাংতকননা তুমু লাকপা নিংথৌদা হংজরম্মী।

'নংদি কনানো চেংলৌ শকফম উখিবসু লৈখিদ্রি। করিগীদমক পোইরৈ লমদমসিদা হুইয়েল লানগুম্না খোংদোইরকপা? তুমূলাকপা নিংথৌনা ঐদি তুমু লাকপা নিংথৌনিদনা ... ... । মোইরাংগা হুইয়েল লান্থেংননবগীদমক্তা লোইবী চীংশিদা লানখাংনরীবনি।' লৈনুং মোরীবনা চিন্বাল য়াকা লাম্না নোকমিবা য়াব্রানা 'হুইয়েল লানদি ঙম্বীনিংবরা তুমু লাকপা নিংথৌও?' লৈনুং মোরীবগী য়ারা মপাও তাবমক্তদা তুমু মীয়ামদু অঙকপা অকি তুজুংবনা লুতোন শাৎনা ঙকচান্নরম্মী। তুমু লাকপা নিংথৌনা লানঙমনিংবগী লাংঙক্লরবা অরাম খৌরাংবনা লৈনুং মোরীবগী মফমলাংদগী খুত্তি লৈতানা 'চরৈ ফিগাও শানা লানঙমজগে; লানঙমনবগী নয়াথংদু মখাক থম্বীদনা তাকপীসিদো ... ... ?'

লৈনুং মোরীবনা তুমু লাকপগী মফমদা পায়বা

পুক্নিং থুপচান্নবা লৈতনা ব্রাহংলকলম্মী ; 'অদুদি লমদমসিগী কোল্লিবা চীংঙু মতিক লৈবা তৌঙম্বা মপুগী কোলোই মিংলেন করি কৌবগে খংলবরা ?' তুমু লাকপা নিংথৌ খোমলেন মঙলানগুম্না ঙকচান্নরদুনা মঙক হাইরকলম্মী। ঐদি কদায়দগী, কনাদগী খংলদগে নয়াথংদবু ঙাইজরিবনি। লৈনুং মোরীবনা তুমু লাকপা মকাদা লোনথুপ লোঞ্জান্নবা লৈতনা তাকপীরে।

'তুমুলাকপা নিংথৌ, হাওবা লোক্কী লোকচাওবা নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুংঙো কৌই। লাইরেম্বীনা ফৌওই লৈমা কৌইদো। তুমু নখোয়না লানঙম পাফল (ফিরাল) থেংকে লানঙমগে হায়রবদি তৌঙম্বা মপু ঈবুংঙোদা অথেনপোং কংচদুনা খুরুমজৌ, চংজৌ শোইদনমক লানঙম পাফল থেংকদবনি, থেংত্রবদি লৈনুং মোরীবা ঐহাক পুন্সিগী শিন্থা য়োংশুং থাংশারীবসে খুংথারগে। মোইরাং নিংথৌনা অথেনপোং কংখিদ্রিঙৈদা পন্থবা তৌদনা লাইগী থৌরাং পাংথোকপীরুব্লো। ঙমজবা হৈরাং-লৈরাং কংচৌ, শাম্মী-লান্মী ঙম্নমক উনবী পুক্নিং শেংনা ঙমজগে হায়জৌদো।

লৈনুং মোরীবগী য়াব্রা তুংইন্না তুমু লাকপা নিংথৌনা মনাইশিংগা লোইননা 'মারাম্বা মরিনগী' নোংচুপ থংবা লোইবী চীংদা লান ঙমনবগীদমক্তা অথেনপোং কংলে। থৌনিজদুনা লাইনিং পরৈ চেংনা

পায়মা পুন্সি তেংনা তুমু মীয়াম্মা খুরুমজখরে। তুমু ময়াম্মা লান খাংদুনা লানঙম্নবগীদমক্তা লানবল শাদুনা চীং অথিনপোৎ কৎলিবা চীংশাং অদুবু ঙসি ফাওবা তুমু লাকপা চীং হায়না কোলোইনরি। মফমসিদা তুমুশিংনা মোইরাংশিংবু ঙাইদুনা তেমশিংনখরে।

মাইকৈ অমরোমদনা মোইরাং নিংথৌনা লোক্তাক, পুমলেন পাৎ হায়না শিংথানরিবা লাইজ ঈপাক ঈরেলদা হী হোল্লদুনা মনাই মশন কয়াগা লোইননা খোংশানলকপনা 'মোনুসোই চীংগী চীংশাং নাপোমদা খোংশাল্লক্লম্মী।

মোইরাং নিংথৌনা মনাইশিংগা রা তান্নদুনা তুমু নিংথৌগী লানবলসু উবা মখোয়গী লাম্মীশিংনা লৈবদসু খুদোং চাগদবা চীং থেল অমদা নৌ খুজু খুৎলাইনা চীং অদুবু য়ান্থদুনা শেম শারে। মোইরাং ময়াম্মা লানগীদমক শেম শাদুনা লান খাংবা হৌই হায়বগীদমক্তা চীং নাপোম অসীবুনা মোইরাংনা লান খাংই হায়দুনা 'মোইরাং খাংবন চীং' কোলোইনরিবনি ঙসিফাওবদা।

তুমুগা মোইরাংগা অঙকপা ফংনা লান্থেংনদুনা থাং তানা নোংথাং কুপ্পগুম্না জগোই শান্নরকপদা তুমুশীংনা অসুম অসুম খোংহাই চারক্লদুনা শা-ষণ হোয়বগুম্না মোইরাংশিংবু পুন্না তুমুলাকপা মোন্দুম মোইরাং খাংবন

চীং অহুম্না থা মচেৎ শানা কোয়শিন্দুনা থন্নিবা পাৎথী কোমথীগী অপাকপা লমলেন অদুদা নমদুনা হাৎখিরম্মী। তুমুনা লানঙম পাফন (ফিরাল) থেৎতুনা হরাও-মথোই কানা পোইরৈ লমদম তুমুদা হনবা তাখিরম্মী। তুমুশীংনা মোইরাং লান্মীশিংবু নমশিন্দুনা পুন্সি ঈখমনহনখিবা মফমসিবু ঙসি ফাওবদা 'মোইরাং কোম' হায়না খংনরি। মোইরাং ময়াম্বু নমশিন্দুনা হাৎখিবা মফমদুদি 'মোইরাংকোম' হায়দুনা ঙসি ফাওবদা কোম্বীরৈ লৈরাং শাৎতুনা লৈরি, মফমসি মোন্দুম চিংগী খা-শম্হোং পাংবদা ঙসি ফাওবা লৈরি।

তুমুশিংনা লানঙম্বগী হৌনবা হরাও-মথোই কানা মোংবা মরানয়াইদা হল্লকপদা 'মরাম্বা মরিন' য়ৌরে। কল্লবা ইচেল ঈরৈ অদুদা মখোয়না শাজরম্বা থোং অদু মখারোমদা ঙমথনা ঈদু নাহে তানবগুম্না লৈরম্বা অদুদা তুমুশিংনা পেল্লদুনা হরাও তয়াম্বগা লোইননা মফম অদুবু থোংনা ঙমথনা রানা খাংলম্মী হায়বগীদমক 'থোংঙাম' হায়না কোলোইনদুনা ঙসি ফাওবা মীতৈ লৈবাক্তা খংনরীবসিনি। থোংঙাম হায়বসি মৈতৈগী য়েক তরেৎকী শাগৈগী থোংঙামদু নত্তে; থোং ঙামখিবদগী ব্রারীসিগা ব্রাহৈ মান্নজবনি।

## হাওবা লোক্কী লোকচাওবা
## ‘নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুংঙো’

সনা হি-য়াই পুরিবা কোরৌহনবা নুমিৎ স্না খোম্মাদোন অতোনবা খিং-খিং খিংগানা অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদগী খোংদোই ঈহুন তম্লত্তুনা মালেম লৈমায়োন্দা চাইথরকপদি সনাগী ক্লাগোক হাংবগুম্না মশেক মঙালতনা শন্দোরকপা ঈথক্লা জগোয় শাথেক শারকপা, লোক্তাক পুমলেন্দগী কারকপা লুপাগী মহি মনিলগুম্না পাইখৎলকপদু খাওনুম থন্না উম্লগা অঙানবগী লাইরেম্বীনা অপোকপগী খোল্লাংবু তাইবং অচৎ-চৎতা থব্রাই পানবা কয়াদা পীবুক থন্না ইনবীদুনা হরাও মথোই কাহল্লক্লে। লিরি হুম্বা মালংবনা লোইবী চীংশাং নাপোম কয়াদা য়াহিপখিবনা হৌরম্বা ঈথক কয়াদু তুমিন-তুমিন খোমলেন তুমখুল তানবগুম্না ঈরিখরে। অপোকপী শিন্থা তুংইন্না তরং মালংদা শিনকাবা মচু তরেংকী হি য়াইনা মঙাং-লুব্রাং-খুমন মশাইকোন্দা পনথুং লম্বী তানখরে।

য়াইফথোইরবা মঙাং ৱাংলেন পুংজাদা নোংচুপ থংবা 'মরাম্বা মরিন, থোংঙামদগী তুমু লাকপা চীংশাং মরীন ইন্না মোন্দুম চীংলোমদা 'হাও' খরনা পাথাং পুথাংকোক্কী চৎনবী মতুংইন্না য়ারৌ শাদানবা লাকপদা কোরৌনা লূৱাং পুংদা ঙান্থোইরকপা পোম্বী চেক্লা কয়ানা মনা পুংলবা তালা পামেল থিনরকপা মতম অদুদা খুৎজু খুৎলাই থল্লদুনা মহৈ মহৈ তরা চাকয়োম থোক্লদুনা চিনদমমিন্নখরে। কোরৌনা উতোন ৱাতোন পক্লা ঙানলকপা খাম্বী মৈশানা থৱাই পানবা কয়াদা ওমচাক্ল রকপা মতমসি ফাওবদা য়ারৌ শাফা ৱাঙম তানঙমখিদরে। ফামনলক্কবা অদুদা খুৎশু খুৎলাইশিং অদু ফেংননবগীদমক মনাক নকপা মফম মফমদা কোইচৎ চৎনদুনা থাং ফেংননবগীদমক থৌদু নুং তাব্রা হায়দনা কোয়না কোয়না য়েংনরম্মী। হাওবা নহা পাখং অমনা থৌদু নুংদুম অমখক থেংনজরম্মী। থৌদু নুংদুম অদু লৈনুংদা ফুম্বগী মওং ওইনা হেক য়েংবদা শুমহৎয়াই ওইনা হায়বদি অপোকপা লাইমক্লা থাদবীরকপগুম্না য়াম্না হরাও তয়াম্না মহাক্কী খুৎশু থাং অদু ফেংননবা শেম শারম্মী। খ্বাংগী নাক্তা য়াল্লিবা লাইজ ঈশিং ঈরু য়াওরবা তুম্বা অদু মমাংমক্তদা খিল্লদুনা থৌদু নুংদুম অদুদা হৈথরম্মী। খুৎশু থাং অদু নুংঙায়গদবা মওংদা হন্না হন্না তক্কুনা থৌনবা ফেংলম্মী। হাওয়াম চংদুনা মাগী - মাগী

খুৎশু-খুৎলাই পুশিন-পুশিন্দুনা ফেংনরক্লে। থৌদু নুংদুগী লেম্ফু মতোন্দা নুংদোন্দা হাওয়াম্না খুৎশু খুৎলাই ফেংবগী মমি কয়া তারক্লবদা খংহনলগে হায়দুনা নুংবি নুংলেন ঙম্বনা মতুং অফেংবা খুদিংগী মৈরি থোক্লা কাপলকপা মৈ ফ্রং ফ্রং হৌরকপা অদুদা হাওবা পাখং ময়ামদু পায়মা নুংদা চিংনরক্লদুনা য়ারৌ শাদানবা খোংশানমীন্নরকপা খুঞ্জা ঙম্নমত্তা অকি তুজুংবগা লোইননা য়াব্রা পাওদমখরে। হাওয়াম পুম্নমক পন্থবা তৌদনা নুংফম অদুদগী খোংহাইরক্লে। হাওয়াম পুম্নমক মমিংমক্লা উহৌবনিনা অফুম্বা থৌদু নুং অদুদা মাগী মাগী খুৎশু খুৎলাই তিমেন তানচিংবা ফেংদুনা চাংয়েংবা হৌনরক্লে। অফেংবা খুদিংগী মৈ কাপ্তুনা মৈহৌরক্লে। হাওয়াম পুম্বা অকি তুজুংলবসু চাংয়েংনিংবা অমদি তত্তনা থাং ফেংনিংবদি পায়মা নুংদা হনবা লৈত্রি। অসুম মশিং থিঙমদনা ফেংলক্লবা অদুদা লাইগী মতীক ফংলনা হাওবা লোক্কী লোকচাওবা নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুঙোনা চীংঙু কাদা পাওদমদুনা মৈরা মৈরী চিংনা নোংমাই মাপলদা রাকৎখিবনা অখাক অরাওনা তাইবং শিনবা থুংনা শনখরে।

হাওয়াম পুম্বা মহৈ মহৈ, পুলপ পুলপ তাশিন্দুনা অমগা অমগা চেজেৎ কোনশিন্নদুনা মীপাইনখরে। থাং

ফেংবসু লেপ্লবা অকী তুজুংবনসু খম-থেংনরক্লবা হাওয়ামদু পুন্না ৱাতান্নরক্লে। মখোয় মখোয়গী পায়মনুংদা থৌদু-নুংদুম অদুবু লাইমক্লি খন্না মখুল তান্না পুরসি হায়না তেমশিংনরকপদগী পায়নরিবা খুৎশু খুৎলাই থাংসু-থাংলেন তিমেন তানা তৌবা হৌখরে। অহানবদদি থৌদু নুংদু ফুকপা ঙমগদবোই নিংলম্মী; অদুদগীদি অসুম অসুম ফনদোকখিদুনা ফুকপা ঙমলরোইদবগী মওংদা উরক্লে। লমশাং লাকপগী অৱাবনে, থৌদু নুংদুবু ফুক্লবনবগী হোৎনজবদা ৱাবনে চোকথরবা হাওয়ামদু খুৎথারসি লেপ্লরে। পুন্না অমুক নোমদুনা য়েংই, নোম্বা লৈখিদরে। অসুম্না য়েংশিনলুরগা পুংনোমদা নোম্বোই নিংনরদুনা হন্না হন্না চৎথোকলগা য়েংনরম্মী। অদুবু লৈফমদদি করিগুম্বা নাক য়েৎ অমদগু অহোবা অহাংবা কোমলকপগী খুদম ফংখিদরে। হান্নদগী অকি তুজুংবা হেল্লকলদুনা মহৈ মহৈ থৌদু নুংদগী লাপথোক্লা তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈনখরে। হোৎনজবা পুম্বা অরেম্বা ওইরক্লবদুদা হাওয়াম পুম্বনা অঙকপগা লোইন্‌না 'অপোকপনি' খন্না থৌদু নুংদুদা পুনেমজখরে। নুমিৎ সনা খোম্মাদোন অতোনবসু খুমন পুংদা ঙাল্হোইনা চেংলৌ শক্তম লোৎনা অমমম লোক্তা য়াতাখিদৌরে হায়বগী নুংনাংবনা মখুল মাইকৈ পাংখরে। লম্বী লমশাং ইন্না মোংবা মরানয়াইদা

খোংদোয়ন থৌদু নুংদুগী ব্রারীনা মখুল য়ৌখিবা খংহৌদরে। মাগী মাগী মোংবা মরানয়াই য়ৌবগা থৌদোক খুদিংমক ব্রারীনদুনা ইমুং - মনুং, মচা-মশুশিংদো মীপায়নবনা ঙকচান্নরম্মী।

সংবান্নরবা অতিয়াদা খুমন পুং ময়োন্দা চেংলৌ শক্তম লেপ্তুবী অমম্বা লাইরেম্বীগী মমোমলোই কোরৌগী মঙালনা লৈনম চেঞ্জবী মদোম হিংজবদি ঙমজদা মালেম লৈকোয়পুংদা শাৎচবী অঙৌবা থম্বাল চামা নিপাগুম্না ফুগায়না শাৎচবী থাজনা থরাই পানবা মালেমগী লূরেন থক্তা শিনকাখরে। তাংলৌ লৈনা থেংলক্লবা তাওবা হুইখোল তারকত্রবা থৌব্রান্মীচাক মখৈসু অহিং মিংশেন খাংলকপগী হৌনবা তগুপ-তরেংনা মিৎস্রা লকানা থিঙমদবদু মুৎশি মুৎশি অমুবা লোক্তা মাংখিবনা উরক্তবা কয়াসু য়াওরক্লে।

অহিং মমৈ অদুদা অখাক অরাও অমদি নোংলৈ-নুংশিৎনা হাওখুল অদু মাইকৈ সলাই খংদবমখৈ অঙাওবা ঈচেল ইরৈনা তাওথোকপা মখৈ চেনশিনলকপগুমখরে। মপুগী শিন্থা ভুংইন্না ইনুং সোরা তৈরক্তুনা অঙানবা ফিজেৎনা খাইদোরক্তুনা পোম্বী চেক্লা কয়ানা য়ৈকাইরকপদদি হাওখুলগী তেংথাখোলতনা অচিকপা লৈখিদরে।

হাওবা লোক্কী লোকচাওবা নুংবী নুংলেন ঙম্বা ইবুংঙোগী লুরেল থক্তা খুৎশু থাংনা ফেংলুবা খুদিংমক অমঙ-য়াইথোং কুমখরে। হিংহৌরিবা হায়ববু মপা মপু নুপী - অঙাং খরতমক মঙাইহৌরে। য়ারৌ শাদানবা খোংশানলমদ্রবদি অসিগুম্বা তমথীরবা লাইগী চৈরাকসি ফংলমলোইদবনিকো হায়নসু খংনরক্লে। মচা-মশুশিংনা ব্রাবীরম্বদু নিংশিংলুরগা মোন্দুম চীংগী থৌদু নুংদুম অদুতবু পাথাং পুথাংকোক্কী লেংফদ্রবা অপোকপা লাইমক্লি খন্না ইরাৎ থৌনিজনবগীদমক পলেপনখরে। হাওখুলগী অহল-লম্মনশিংনা মচা-মশুশিংবু পুরদুনা য়াইফথোইরবা চয়োল তরেৎকী কোরৌ নুমিৎ শিংথেক-চৈথা অহানবা নোংমাইজিংদা অথেনপোংকা লোইননা পুন্সি নুংশাংনা য়াইবী মরাং কায়না পান্নবগীদমক লাইরমলেন তানখ্রবা মচা মশিংবু অমুক হন্না মখুলদা লাংওনবীরক্লবা হায়দুনা হাওবা লোক্কী লোকচাওবা, "নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুংঙোদা" পীরাংগা পীরোইননা থৌনিজখিরম্মী। অসুম্না থৌনিজবদগী হাওখুলগী অব্রাবা কোকচখি। চহিগী অনৌবা কুমওন লাক্লগা মখোয়না 'নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুংঙোদা' ইরাৎ থোনিজবা লাক্লম্মী। অদুবু হাওরিংজেন নাইরিংজেন হায়বদুনি কুমজা খরা লৈরগদি অদুম্মক পোৎথাখরে। অসিগুম্বা অঙকপা থৌদোকসি হাওশিংনা মীতৈদা ব্রারী

তৌদুনা খংহনখিরম্মী। কোরৌ নুমিৎকী মঙালগুম্না অমদগী অনি, অনিদগী খ্বাই তরানা খংনরক্তুনা মমৈদদি লাই ওইরবা 'নুংবী নুঙলেন' ঙম্বা ইবুংঙোবু মালেম লৈময়োনগী মীওইদা নত্তনা কাংলুপ কয়ানা ঙসি ফাওবদা ঈরাৎ থৌনিরিবসিনি।

ব্রারী অসিগা মরি লৈননা হৌজিক হৌজিকমক কক্চিং খুন্নৌ, থোংঙাম মোন্দুমগী লোইবী চীংয়াদা লৈরিবা তৌথোক তান্থোক্তুনা খ্বাই খুয়াদা চেংলৌ শকফোংনা শকতাকলিবা 'হাওবা লোক্কী লোকচাওবা', 'নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুংঙোসি হাওশিংনা য়ারৌ শাদানবদা থেংনবিরকপা ওইরবসু হাও অমসুং মীতৈ এখোয়বু শেম্বীবা অপোকপনা লাংওনবা নুংশিংগী মনুংদা অথোইবা নুং য়াই ওইনা ফাওরকপা নুংয়োননি।

মচিনঙৈদা অপোকপগী শিন্থা তুংইন্না ফৌওইবী লাইরেম্বীনা তাইবং চিঙ্জাক পুথোক্লবগীদমক্তা মোইরাং তোরবুংদা অকোংজাম্বগা অপাম-নুংশি ব্রাইথুংনখিদবগী ব্রারীনা ফৌকৌরোল ওইনা পুথোক্লম্লগা থাঙ্গা ব্রাংঙু খুন্থোক্তুনা উয়ানথাবা নিংথৌগী মমোমলোই তম্ফা লাইরেম্বীনা পন্থৌ শিন্থা তুংইন্না খাবা এলাংবদা নিংশিংলক্তুনা হৈরম তরেৎ শুদবদগী নিঙোল তম্ফাগী

মকাদা এলাংবা থৌদু নুং ওলহৌই। ইরেম্মানা ব্রাংঙু লমলেন লমদম থাদোক্কুনা ব্রাইখোংদা থুম শুংখি।

অসুম্না লাংওন মফম মফম অদুদা লাইগী মতিক ফংলবা অকোংজাম্বা কোলোইনখিবা পাখংনসু ফৌওইবীবু মপোক তরেৎলক ঙাইজদুনা 'খম্বা থোইবী' ওইনা মোইরাং কংলৈরোন্দা অপাম নুংশি খুন্থোকমিন্নদুনা থাংজীংগী কুম্মে পোরম কায়দনা শান্নমিন্নবগীদমক ঙাক শেন্দুনা তুংইনজখি। ব্রাইখোংদা থুম শুংদুনা তাইবং চিঙ্গাক পুথোকলিঙৈদা মশাবী মঙায় হাওবা কোলোইনবা অমগা য়ুম্বালমিন্নদ্রবসু লোইজখি। অদুগুম্বা লাইগী মতিক ফংলবা নমু-পোং তাইবং মী ওইনা শকফোংলম্বা হাওবদুমক মোন্দুম ইবুংঙোসি ওইরমগদ্রা খঞ্জে।

অসিগুম্বা লাইনা শিন্থারকপা লাইনা লাংওনবা ফৌওইবীগী মঙায় হাওবা নত্তনা লৈতে। হায়বদি মচিনঙৈদা মোন্দুম চীংদা হাওনা খুন্দারম্বগী চপ-চাবা ব্রারী মফমসিগী লৈতে। ব্রারীগী মতুং ইন্না লৈনুং মোরী য়োৎশুং থাংশাবনা তুমু লাকপা নিংথৌদা 'হাওবা লোক্কী লোকচাওবা, নুংবী-নুংলেন ঙম্বা ইবুংঙো' হায়না তাকপীখিবসিনা চহি কুমজা কয়াগী ব্রানি। মসিদি অমরোমদা চহী লেপ্লা ঙমফমবু থোক্কবনি।

লাইওইরবা নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুংঙোগী লুরেল থক্তা হৌজিক ফাওবা হাওশিংনা থাং ফেংনরম্বগী ময়ি, খুদম লৈরি। নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুংঙোসি হেক মিতারুবদা অঙকপনা থল্লি। অসুম্না খন্থরুদনা হেক য়েংবা তারবদি পুমহৈ হৈরবা 'এনামেল ক্লেগুম্না' উই। মওংদি চীংঙু নোংপোক নিংথৌ পাঙ্গলবগী মসায়কোল নোংমাইচিংসু মাল্লি। মতীক ময়াই লৈরবা ইবুংঙোসি খোইসু পাল্লি। খোই অসিদা শঙ্গোম, ঈশিং হৈথদুনা কংপা য়াই। মসি অতেনবা শুরুং (মখুল) অমগুম্না তৌই। হৈথখিবা শঙ্গোম অমসুং ঈশিং অদু ফাওদোরকফমসু লৈ। মসিমক য়াম্না ঙকনিংঙাই ওইবা খুংশেমগীনি হায়বা ঙম্নরোইদবা খুদম অমনি। অমুক্তং ম্না মিৎয়েং তাবীরগা চীংঙু মতীক লৈরবা পাঙ্গলবা 'নুংবী নুংলেন ঙম্বা' ইবুংঙোগী মতীক ময়াই খংবীগনি।

খংহঞ্জবা : (কান্নবা হিরম) মোন্দুম চীংলোমদা শাদানবা লাক্লম্বা হাওশিংসি রাইখোং ভুমুরোমদগীনি হায়নৈ। হাওখুলগী ব্রারীদু তারুবা অমদি হাওশিংনা লীরকপদগী মীতৈনা ইরাং থৌনিজবগী থৌরমসি ঙসি ফাওবদা চংথরিবনি। ইবুংঙোসি চংনবীগী মতুং ইন্না অমদি থাজবগী অরেপ্পা পাওখোংনা খংনরিবদি থৌনিজবদা য়ুম্বাল্লগা মমিৎতা মচা উদবা নুপা-নুপী

অনিনা পায়মা পুক্লিং শেংনা খুরুমজবদা 'পারী মমোম' পীনবা ঙম্বা অপোকপগী লাংওন্নি। মী কয়া কয়া মমিৎতা মচা উরমদবদগী উনখরে। পীনবীরকপা অঙাং নব্রাশিং অদুগী পুন্সিরেলসু অমুক 'নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুংঙোদা' ঙমজবা কৎচদুনা তেক্তা কায়দনবা য়াইফরোল নিনরবসু কোঙ্গায়নি।

চহি কয়াগী মমাংদা ঐখোয়গী ইপা-ইপুবু 'নোংখ্রং ইরুপহন্দুনা সেরান্নবা লাইনিং লিচৎ অমগী চৎনবীনা পুনখিবদগী কোলোই মিংলেন 'থোংঙাম মোন্দুম মহাদেবা' হায়না থোনবীরম্মী। ইপা ইপুনা 'থোংঙাম মোন্দুম' হায়না কোলোইরম্বসু মনুং হঞ্জীনবা ব্রাৎলি। অদুম ওইনমক মফমসিগী কক্পা য়াররোইদবা মিংলেননি। মফমসি চুন্নবনিনা মনুং হঞ্জীনবা অদুদি অদুম্মক ভুংদুনা মাংদনা লৈজরম্বা তাই। মমৈদা 'মহাদেবা' অমা নপশিন্দুনা ইতে তৈনরে। ইবুংঙো মহাক্কী হৌরকফমগী ব্রারী কুপ্না থিরগনি 'হাওবা লোক্কী লোকচাওবা, নুংবী নুঙলেন ঙম্বা ইবুংঙো' হায়না কোলোই মিংলেন ব্রাংথোইনা লৈজরম্বা ইনাৎকী মপুং ওইবা, ময়েক্লা তাবদা কোলোইনরসি হায়না অইবনা খ্বাই তরাদগী ফিগাও শানা নিজরি।

পাবীরিবশিংনা মসিদগী হেন্না লিবা

মীহৌরোনগী খোংথাংদা ফংবীবা অতোপ্পা ব্রারী লৈরবসু ঐনা খরা হোৎনজরিবা অসিনা মাংলুরবা লংলা লংজিনবু চিংথোকচবগুম নিংশিংজবতনি খনবীদুনা তরেৎ তরা থোক্না তিন্ন-তোৎনরগা ফত্ত-হাওদি খপতোপপিদুনা মচং ওইবা অদুতা পুন্সিসিনা লৈবাক্কী অচুম্বা অদুদা ঐসু য়াজগনি।

মীতৈ লৈবাক লাইরৈপাকনি হায়নৈ, অচুম্বা, অওইবা লৈরম্বনা হায়নবনি। লৈতনা, চুমদনা হায়ঙিনবনদি চহি চা লিশিং কয়াসি ওইদবা ওইরম্লবদি নং ঐনা খক শিংথানরম্লরোই খঙে। অচুম্বগী লম্বীদি ফজে, নাল্লি অসুক্কী মতিক শাংবনা লাইরৈপাক মীরৈপাক শাংকনি। অরানবা, অখোইবা, ওইদবা লম্বীদি তেল্লি অনসুং অমোৎপনা থল্লি, খাংঙুথক্তা ইকুই কুইদনা মাংখিনি। তেনশিন্না হায়রবদা মীতৈ লৈবাক্তা মীতৈনা হিংলিবা মখে মীতৈগী লাইফম-তিনফম পাথাং পুথাংকোক্কী লৈজরমলীবা পুন্নমকসে মালেমসিগী মনুংদগী করম্বা থৌনা ফবা কাংলুপ অমগী কংলৈরোন্দা তিনশিনবা য়ারোই। লানঙম ফিরান থেৎতুনা লোই চনখিবা তারবসু মীতৈগীনি হায়বা পোকফমসিদি মীনদি লাইরদুনা করম্বা নোংদম্বনা অমুক নৌনা ককপা ঙমগনি? থাজবা থম্বীয়ু থাজবনা মীওইবগী পলেপফমনি, থাজবা তারবসু অচুম্বদা থাজবীয়ু।

## ''নুংপাক থাবী চীং''

### 'থাঙ্গা নিঙোল ফৌরানীগী ৱারী অমসুং মোইরাংগী থোইবীনা লিচৎ চুম্বী (সতী) চনু-নিঙোল ওই-ওইদে হায়বগী চাং য়েংখিবগী ৱারী'।।

কুমজা কয়াগী মমাংদা থোকখ্রবা ৱারীনি মোইরাং নিংথৌগা খুমন চনু নিঙোল অমগা লোন মিংয়েং কারন চন্না হৈরাং লোঞ্জা চা, লৈরাং লোনজিল চিন, চনুরা মাগী পায়মা নুংদা নুংশি ঈখৌ লাংনা মাঞ্জা কাদা লৈজবা পুম্বা তেংনা কৎখরে পলেম পন্থৌগী শায়গোলনুংদা লৈরাংগা পান্দম ওইবী চনু নিঙোল মৌগীশিংদা চন্দুনা লৈমন চনখরে। মোইরাং কনানা হুল্লানদ্রিঙৈ খুমন কনানসু চিংন-পরৈনুংদা কিশি কিদ্রিঙৈদা খোইজি খাদা মিহুন হুনখ্রবী চনুদো মমা অমগী হৌনবী কুম থা শুরক্লে। মমা অমগী ৱাখলনা পায়মা নুংদা ফুম্বংনরবী চনুরা অদু খাংঙমদ্রবা নুংশি

মৈচাক্লা পুঙমদ্রবা পোৎলুম ওইদুনা ৱা তান্নখরে মাঙ্গা কাদা।

শাবী শানৌ অনিমক্না পীরাংগা পীরোইনদুনা খোইজি খাগী মিহুলদু তাইবং কনা খংহন্দনা কোরীগী চফু অমদা হাপলদুনা লোক্তাক ঈপাক্তা থাদখরে। লৈবাক্কী অকনবা চৈরাক কিবনা ৱাইথুংনখিদ্রবা পীবুকনুংগী নৱা অঙাংবু য়েংজদুনা হিক্না হিক্না তরং লাইজ শিন্থনা ঈথক্কী তুংইন্না তাওথখ্রিবা মমোমলোই অদুবু মিতাজদুনা খাংজহৌই।

কোরী চফু অদুনা মথং মথং তাওথরক্তুনা পুমলেন ঈপাক য়ৌরক্লে। অসুম্না থোকউ তমখিবনা অমদি অপোকপা চীংঙু শীদবগী নোংদমখোলদগী 'থাঙ্গা নিঙোল ফৌরানী' কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী মপুং মরৈ ফারক্তুনা ঈপাল থাগী থরো থম্বালগুম্না ফুগায়না লৈশাৎ তম্লকলে। চনু নিঙোল লৈরাংগা পাংখক্নরবীদুগী লৈনম্না মালংদা তিন, চেংলৌ শক্তম্না পুম্লেন ঈপাক্তা কোরৌ থাজা অনিনা লোম্না য়েংজফম ওইরম্মী। ফজবা হায়বসি শুমহৎনবগী ভুংনফম ওইবীনি।

অৱাৎপা লৈখিদ্রবী লিচৎ-চুম্বী থাঙ্গা নিঙোল ফৌরানী পায়মা নুংদা খোইদাজবা লোইবী চীং অমদা

কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী চেংহি শম্বাল লাংনবা চরৈ ফীশু-ফিজাম্নবা হায়দুনা নুংপাক অমা থারম্মী। হায়রিবা নুংপাক অসিদা থাঙ্গ নিঙোল ফৌরানীনা নুংঙায় য়াইফথোইনা মনিং তম্না ফিশু ফিজামলম্মী। নিঙোল ফৌরানীনা থাজরম্বা নুংপাক অসিগী মফমবু 'নুংপাক থাবী চীং' হায়না ঙসিফাওবদা খংনরি।

খংহঞ্জবা : (মরি লৈনবা ৱারী মতেক অমা) অদুঙৈ নহালনোং মোইরাং কংলৈরোলগী ৱারীদা চীংখুবা নিংথৌগী মমোমলোই 'ফৌওইবী লাইরেম্বীনা' লাংওনলকপা 'থোইবীনা' য়ুরেনজম মচা পুরেম্বগী মপারী 'খম্বা' মশুংলাংগীদমক্তা শেম্বী কবোদা লোই থাখি। লোই কারকপদা লম্বী লমদাং ওইবনা 'মরাম্না মরিন (ককচীং খুন্নৌ) মোন্দুম চীংলোমদা খোংহাইরক্লম্মী। পুমলেন অমসুং মোন্দুম চীংবু উরুবদগী লাই ওইখ্রবী থাঙ্গা নিঙোল ফৌরানীগী খুভম পুমলেন ঈপাক্কীনা চিদায় মোন্দুম চীংগীনা নোংপোক থংবদা লৈরিবা নুংপাক থাবী চীংবু নিংশিংলক্লে। থোইবীগী পায়মা নুংদা শৌগাং কাংদুনা কুমজা কয়া পলেপফম খংদনা মশাবী মঙায় মচাগীদমক অরা ঈপাক্তা তাওদুনা পন্থুং য়ৌঙমদনা লৈরিবসে অপাম কাদা ৱাইথুংগনি ৱাইথুংলোই চাংয়েংখিগে খল্লদুনা নুংপাক অদুদা খুরুমজখ্রে।

লিচৎ চুম্বী অপোকপগী শিন্থা তুংইন্না নিঙোলক্তগী অথোইবী পলেম পন্থৌনা নাওকোন্দনা লমহাংসিদা থৌদু য়ুমলেপ তমদনা মপোক লাংওন থৈখ্রবীনা থারম্বা নুংপাক নংদি খংলমগনি। থোইবী ঐনা লিচৎ চুম্বী মীতৈ চনু নিঙোল ওইরবদি খুমন মরানয়াই য়ৌজগে।

য়ৌরোইদবা অপাম নুংশি শেংনা কায়না লৈরাং লৈখোক লোইগদবা ওইরবদি কল্লবা থৌদু নুংপাক নংনা হান্নগুম্মা চেংলৌ শকফম কায়দনা লৈহৌকো। করিগুম্বা নুংশি মকাদা ব্রাইথুংজগদবা লৈরবদি তরা চাককুম্মা পেৎতুনা ঐগী খুবীগী মফমসে তাবা ওইয়ুকো।

অসুম্মা থোইবীনা লাই ওইহৌরবা নুংপাক অদুদা চাংয়েংবদা খুবী মফমদু কুৎতুনা তাখরে। লিচৎ চুম্বী মোইরাং থোইবী পায়মা পুক্লিং মকা লাম্মা মপাবুংগী ম্না কোনুং থাংহি ঙাংঙোয় কেগে মোইরাং লমদমবু পনথবা তৌদনা য়ৌজখি।

হায়রিবা নুংপাকসি ঙসি ফাওবদা লৈরি। অখং অহৈ মীতৈগী পুব্রারীবু লিশাং শিংনা তাহৌ খংহৌবশিংনা ঙসি ফাওবদা তৎপা কাংবা লৈতনা খুভমসিবু মশিং থানরিবনি। থোইবীনা চাং য়েংখিবা থাঙ্গ নিঙোল ফৌরানীনা থম্বা মফমদুবু ‘নুংপাক থাবী’ হায়না কোলোইনরি।

## পুমলেন ঈপাক

### (পাৎ)

পুমলেন ঈপাক (পাৎ) মোন্দুম চীংগী অৱাং অমসুং নোংপোক হায়রিবা মাইকৈ অনিসিনা থা মচেৎ শানা লৈবা অচৌবা ঈপাক অমনি। ঈপাক অসি ঈপাল থাদনা চাংজৌ মান্নবা থাবুং থাজগুম্না নিল্লি; অদুগা অতৈ মতমদা খরা খরা মরাই চাইথনা থা শিথরকপগুম্না উবগুম তৌই। ঈপাক অসিগী মৈরম পাংবদা নিংথিজরবা চীং মচা অমনা শুমহৎনবগী মশক ওইনা লৈ। হায়রিবা চীং অসিদা থাইনা মমাংঙৈদা 'অঙৌ তোরা অমসুং উমুনাও শোইশেনবা' অনিনা শোই চাদুনা লৈমিন্নরম্মী। অসুম্না কোরৌ নুমিৎ খরনি হৌখ্রবগী মতুংদা কোরৌনা লুৱাং ৱাংলেন পুংদা ঙাম্হোইরকপা থৱাই পানবশিংগী লুরেল থক্তা থোক্লীঙৈ পোম্বী চেক্লা কয়ানা মনা পুংলবা তালা পামেলগী উশাদা কাইদোংদুনা অৱা হুইশোক লাংদুনা পোৎথানরিঙৈদা শোইচাকফম অদুদা অঙৌ

তোরা অমসুং উমুনাও শোই শেনবা অনিনা নিংঙায় শংদানরক্কুনা সয়েং পাম্বোম ঙানরক্লম্মী। মপুগী নোংদমখোলদা কনখিবনা অঙৌ তোরাগী তমথিরবা অশাওবগী খাম্বী মৈরীলক্কা উমুনাও শোই শেনবা পুন্সি কেমখি। উমুনাও শোইশেনবগী মনাই নুপীনা তরা চাকয়োম পুদুনা শোই চাফমদা থুংজরকপদদি মপুরোইবগী য়াইবী থব্রাই হকচাংসু লৈমায়থক্তা অরোইবা য়াহিপ তমদুনা লৈরম্লে।

কোরৌ নুমিৎ অদুদগী হৌনা চীং অদুবু তলাগী উকাদা য়েনফৈ য়াওবা তরা চাকয়োমদু য়ানখি হায়বগীদমক হায়রিবা চীং অসিবু 'তোকপা য়েনফৈ চীং' হায়না উমুনাও শোইশেনবগী মনাইনুপীনা থোনখিরম্মী। হৌজিক্না হৈমন-শিংমন পশিং থোকই হায়দুনা শমজিনখিবদগী 'তোকচীং' হায়রগা খংনরে।

মপুরোইবগী য়াইবী থব্রাই লৌখিবা হিংচা য়াইতম্বা অঙৌ তোরাগী মনাক্তা লৈঙমদবনা উমুনাও শোই শেনবগী মনাই নুপীদু মশাবীগী মোংবা মরানয়াই ইথাই লমদম পাংলকখিরম্মী।

ময়ুম মরানয়াই য়ৌদ্রিঙৈদা থব্রায় য়াওদ্রবা মপুরোইবগী শমু-হকচাং অদুবু হন্ন-হন্না য়েংলকপদা চীং

অমনা খনজিন্দুনা শোইহৌরবা মপুরোইবগী হকচাং উরক্কবা অদুদা হন্দক মপোক্কী শোইরবনি মনু তাইবং হামচৎনখরেদো হায়দুনা চীংসিবুনা 'মনু শোই চীং' হায়না থোনখিরম্মী। অসুম্না চনু নিঙোলদো পাম্মু ৱাখনদা কঙাওনা পুন্সি চেংজেল লোইবা ঙাইদুনা অৱাবতা মশরুক ওইনা লেনখি।

কোরৌ শিংবুম নুমিৎ খরনি লৈরগা মশাবীগী শমু হকচাংবু য়েংজরুবা মতমদদি উমুনাও শোইশেনবগী থৱাই য়াওদ্রবা হকচাংদু লাইজথক্তা পুম্না তাওখৎতুনা লৈরম্লে। ঈপাক ঈরেনদা পুম্না তাওরম্মী হায়দুনা 'পুমলেন' হায়না কোলোইখি।

উমুনাও শোইশেনবগী অপুম্বা শমু হকচাংনা মুনা নমথিনা ঈচেল-ঈরৈগী মতুংইন্না তাওথরকই হায়বগীদমক খোং অদুবুনা 'তাকনমথি' হায়না কোলোইনখি।

## ‘‘অচং-থোং, অশি-থোং’’

লাইলোই চীংদা লৈবা ‘য়োইমোংবা, থাউথিংতোন, য়োৎ হৈতোন’ কৌবা মচিন মনাও অহুম্না ককয়েন মীঙম্বা হাৎননবগীদমক্তা নুমিৎ খরনিগী মমাংদগী রাতান্নদুনা লোইবী চীং অমদা লোন্না চিক্লা খুৎশু খুৎলাই শানবগীদক্তা লেপনখি। নোংমগী কোরৌ নুমীৎ অমগী অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদগী মচিন মনাও অহুম্না খুৎশু খুৎলাই থাং শাশি হায়দুনা কৌনখি। কৌনখিবা মফম লোইবী চীং অদুবু ‘থাঙ্গৌ চীং’ থোনখি। থাং শাবা লোয়রদুনা কক্‌য়েন মীঙম্ববু হাৎননবগীদক্তা মচিন মনাও অহুম্না য়াইফথোইরবা নুমিৎ অমদগী তান্নবা হৌই।

**খংহনজবা :** কক্‌য়েন মীঙম্বা হায়রিবা উচেক অসি য়াম্না চাওবা তমথীবা মী, শা ঙাবু পুম্না য়োৎপা ঙম্বা চেক্লানি।

অসিগুম্বা অরোনবা অথুপ্পা মচিন মনাও অহুমগী খুজিল থৌরাং উচেক অদুনা খংখিরম্মী। কক্য়েন মীওম্বনা মথ্বাই হিংননবগীদক্তা লোক্তাক পাৎকী চীং অমদা তোংখিরম্মী । মচিন মনাও অহুম্না কংফান অমসুং ঈশিংগী লম্বীদা তান্নদুনা অমুবা কক্য়েন অদুবু তেন্না কাপ্পী। অমুবা কক্য়েনবু চীং মান কোইনা চত্তুনা কাপ্পা হায়দুনা 'মুকাপ মাঞ্জা চীং' কোলোইনখি। তেন্না পাল্লবা কক্য়েন মীওম্বনা ঙাওদুনা মুকাপ মাঞ্জা চীংদগী মমাই নোংচুপ পাংনা পাইরক্কুনা তাই, তেন্না অমুবা কক্য়েন্দা পানখিবগী অহানবা তাফম অদুবু 'তাকমু' হায়না কৌখি।

মচিন মনাও অহুম্না লেপ্তুনা তান্নরকপদু উরদুনা তেন্না পানবগী খাংঙমদ্রবা চৈনাখোল খাংবদা ৱারবা চেক্লা অদু অমুক মমায় মখা পাংনা ওন্দুনা পাইখরে। মচিন মনাও অহুমসু কক্য়েন মীওম্ববু তেন্না পানখরে খংলবনিনা মাগী মতুং ইন্না তান্নরম্মী। পানখিবা তেন অদু য়াওরিবরা হায়দুনা মশা শাগলদু খপ খপ্তুনা য়েংবদা তেনজৈ অদু তোইনা তেক তেক্কুনা তাহৌই। তেনজৈ অদুনা তাহৌবা লমদম অদুবু 'তোয়াই-লমজাও' হায়না কৌখি।

তোয়াই লমজাও হায়রিবসি হৌজিক্তদি 'কৈবুল লমজাও' হায়রগা খংনরে।

ককয়েন মীঙম্বসু মশাদগী তেন তাহৌরবনিনা মপাঙ্গল খরদী কনখৎখরে। অসুম লেপ্তুনা পাইখিবনা প্রুকশি চীংদা পাইশিনখ্রে। মচিন মনাও অহুমসু ব্রামনখিবনা ব্রাতানরক্লে। ময়াম্বা অহল য়োইমোংবনা ইনাওশা তেননা থাই শীবদী লাইরদুনা তেনজৈদুম খিকথরম্লে; শিবা ঙমদরে। লাং থাকই থুবা লৈতে; পুম্ন মক অরেম্বা তারেদো। করিগুম্বা ঙসিগী কোরৌ নুমিৎশিদা কক্‌য়েন মীঙম্বনা ঙমখিবা, নাম্ভোকখিবা থোক্লবদি মতুংদা য়াম্না খুদোংথীবা থোরক্কনি। অদুনদি মহাক্না উদ্রিঙৈ পাইখৎলকত্রিঙৈদা ইয়াম্বগী ঈবুংঙো শানৌভোন নংনা নখুত্তা থাংলেন মচাসি পাইদুনা পাৎ অসিদা অপুম্বা শমু হকচাং শাদুনা লৈরুরো। কক্‌য়েন মীঙম্বনা য়োৎখ্রবগী তুংদা ইয়াম্বনা লাওরক্কনি। মতম অদুদা নংনা নংগী থাংদুনা মথবাক শেগাইদুনা ইখম্ হনগদবনি কাওগনুকো ইবুঙো। য়োৎহৈতোন ময়াম্বা অ[illegible]গী য়াথং তুংইন্না পাৎ অদুদা অপুম্বা, অশিবা শমু হকচাং শাদুনা লৈখরে। লাইনা অপুম্ব শমু হকচাং শাদুনা লৈখিবা পাৎতুবু 'লাইপুম' হায়না কোলোইনখরে।

মচিন-মনাও অনিনা মফম অমদা লোৎতুনা কক্য়েন মীঙম্বনা পায়খৎলকপা য়েংদুনা লৈখরে। ফনা কুইনা পাইখৎলকপা মরৈতরবদা চিংনবনা মচিল মনাও অনিনা মথ্বায় ৱাজরম্মী। ঙশাই মখৈ চোকথরবা মশাদু তেকখৎননবা হায়দুনা পাৎ অদুদা লৈ লৈদুনা মচিঞ্জাক থিবা হৌরক্লে। পায়থরকক্তুনা অপুম্বা শাশিন্নরিবা য়োৎহৈতোনগী মশাদু পুময়োৎ য়োৎখরে। হরাওজবনা মচিন মনাও অনিদুনা মোংশোং মরক্তগী চোংথোরক্তুনা খুবাক খুরম্মী। শাহুম কন্না পায়খৎলক্তুনা মমায় নোংচুপ ওন্দুনা পায়বা হৌখরে। ময়াম্বা অহল অদুনা লাওরক্লম্মী, 'ইয়াম্বগী ইবুংঙো শানৌতোন, হৌজিক্তি নংনা পাংথোক্লিংবা পাংথোক্লো, করিগী পন্থরিবনো ? কক্য়েন মীঙম্বগী পুকনুং ময়োন য়ৌরবনিনা থম্মোই খায়রো খায়রো।'

য়োৎহৈতোননা ময়াম্বগী য়াথং তুংউন্না পন্থবা তৌদনা কক্য়েন মীঙম্বগী থম্মোস ফিরাক খায়রম্মী। কক্য়েন মীঙম্বদু য়োৎহৈতোনগী থাংগী চৈনাখোলনা লাও খোংদুনা তরং মালংদা ঙাওদুনা অরোইবা শাকপ ওইনা লাইজথক্তা তারক্তুনা ওন থোইনা ইখমনখি। য়োৎহৈতোনসু লাইজথক্তা তারক্তুনা ময়াম্বা অনিগী মনাক্তা চিংশিন্দুনা হরাওমিন্নরম্মী। কক্য়েন মীঙম্বনা

লাইজথক্তা শিনা তাওবদু য়েংবগী পেনবা নাইখিদরবা মচিন মনাও অহুম্না ঙকচান্নরৈঙৈদা তাওথবা হৌরক্লে। কক্‌য়েন মীঙম্বনা উঙাম শানা তাওথরকপা মফম অদুবুনা 'উঙামেন' হায়না থোনখি। অসুম পন্থদনা চেক্লাসিনা তাওথরকপা 'মোংবা তুদৌখোং' মরিলইন্না তাউথরক্লে।

খংহঞ্জবা : 'মোংবা তুদৌখোং'

মোংবা তুদৌখোং হায়বসি য়েলহৌঙৈদা অপোকপনা লৈশেম্লগে খল্লদুনা লাইজ চোন্না লৈরম্বা মীতৈ লৈবাক্কী লাইজ ঈশিং চিথোকখ্রবদা তাইবং মীনা খুন্থোকখ্রিঙৈদা মোংবা চেক্লা পুম্নমক্লা খোং অসি তৌখি। খোং অসি তৌবদা নোঙ্গৌবী কৌবী চেক্লাদি য়াওহৌদরে। য়াওহৌদবনা চেক্লা পুম্নমক্লা ৱারেপনদুনা নোঙ্গৌবীবু লাইজ ঈশিং পীথকখিদে। থৌরমসিদগী ঙসি ফাওবা নোঙ্গৌবীনা হুরান-লান্না নত্তনা তু-খোং কুমদুনা লাইজ ঈশিং থকখ্রিবসিনি। বাশাগী ফৈরাথক্তা তোংদুনা অহিংগী লিক্লা ঙাইদুনা থক্লুগা হিংলিবা অসিনি। কয়াদা ৱানা খাংল্লিবা ... ... ... ।'

কক্‌য়েন মীঙম্বনা মথং-মথং তাওথরক্তুনা চীংনুংহুত্তা পল্লে। চাউরবা তুজুংলবা কক্‌য়েন মীঙম্বনা পনবনা ঈশিংসু মৌখৎখরে। মচিন-মনাও অহুম্না তুংইন্না

খোংশানলকপনা তুরেল মরিন্দু লাইজা ঈশিং চেনলমদে; মৌখৎলম্মী। চংশিন্দুনা য়েংবদদি কক্য়েন মীঙম্বনা থিংবদগীনি হায়বসু খংলক্লে। মখাথংবা শরুক লাইজ ঈশিং নৈতবা মফম তুরেল খোংনুংদা থাঙ্গাল খুলগী 'অনাল অমসুং নালফৌশিংনা লেমলৈ ঙা ফাদুনা লৈরম্লে। পুম্নমক কাখৎপীরো, মৌখৎলিবা লাইজ ঈশিং থাদজরক্লগে হায়জরুবদা অনাল অমসুং নালফৌশিংনা য়ারমদে।

মচিন মনাও অহুমগী য়ারাদু তাবগা অনাল অমসুং নালফৌশিংনা তুংগী খন্থদনা 'করি অঙাং নরা নখোয় অহুম্না ঙম্বরা ? লাইনা থিংবা থিংঙেলবু ফাৎনিংলগা ফাৎলুদনা, কলকপরা লেমলৈ ঙা ফাববু ... ... ... ।'

য়ামনদ্রবদা মচিন-মনাও অহুমনা কক্য়েন মীঙম্বনা পন্দুনা লৈরিবা মশা শাগন অমনা থক্তা থাঙ্গৎলে অমনা মালেম লৈদা থাদরে। মখাথংবা কক্য়েন মীঙম্বগী মশানা 'অশি থোং' অদুগা মথক থংবা মশানা 'অচং থোং' হায়না কায়াৎতুনা থোনখি।

লাইজ ঈমাই চোল্লবা কক্য়েন মীঙম্বনা থিংবদগী মৌখৎতুনা লৈরম্লবদু মচিন মনাও অহুম্না থাংগৎপদগী

খংহৌদনা পাথদুনা অনাল অমসুং নালফৌ কাংলুপ অনিমক কাখৎপা নংহৌদরে। নংহৌদ্রবা কাংলুপ অনিদু শিবদি শিহন্দনা চীংঙু নোংদম্বা অপোকপনা লাইজ ঈরোলনুংদা অদুমক হিংহনবীরে। মী ওইনা হিংবদি য়াদবনিনা লাইজ ঈরোলনুংদা লুপখিবা 'অনাল' কাংলুপনা 'ঙানাল' ওলহনখরে নালফৌ কাংলুপনা 'ঙারেল' ওলহনখিরম্মী।

ঙসি ফাওবা লাইগী ব্রারীসি খংবা 'অনাল' কাংলুপনা 'ঙানালবু' পাথাং পুথাংকোকনা ওনখিবনি হায়দুনা চিনদংলুবা, চারুবা লৈত্রি।

অসুম্না লালফৌ কাংলুপনসু ঙারেলবু মপা মপুনা ওনখিবনি হায়নবা লৈবদগী লাইনিং লিচৎকি মতুংইন্না ঙাক্লা ঙসি ফাওবা লেমলৈ ঙা সিবু চিনদংদ্রি হায়নৈ।

- লোইরবা -



ফোংখ্রবা লাইরিকশিং :

১। লৈমন চল্লবী।।

২। চাক্লিবা।।

৩। লাংওন মপোক অমদা।।
(ফৌওইবী লাংওন অহানবা, লাইগী ব্রারি)

৪। ওলাংথাগী লৈপাকলৈ।।
(ইডুকেসন গী গ্রান্ট ফংখ্রবা ১৯৮১ ইং)

৫। ঐগী নাচোম (শৈরেং)
(ইডুকেসন গী গ্রান্ট ফংখ্রবা ১৯৮১ ইং)

৬। মাইরেল ফমব্রেৎ অমসুং তমফা খুদোপ
(লাইগী ব্রারী)
(মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী গ্রান্ট ফংখ্রবা ১৯৮২ ইং)

৭। সৌবন লাইরেম্বীগীদমক সারম ১০৮
(লাইগী ব্রারি)

৮। থোংঙাম মোন্দুম (লাইগী ব্রারী)
(ইডুকেসন (এস) কী গ্রান্ট ২০০০ ইং)

৯। ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী। (লাইগী ব্রারী)

১০। চিনবিখিবা নাচোমদো চীঙ্গোংলৈগীনি (শৈরেং)

ফোংলগদবা লাইরিকশিং :

১। খ্বায় নুংজেং পীবা।

২। থেঙ্গৌরোন (হৌরকলোন অমসুং থেঙ্গৌ খোংজোং, থাং পায়বা-তা পায়বা, ওজা কয়াগী)

৩। মীতৈ মুক্না (হৌরকলোন অমসুং মশান্না)

৪। অতৈ-অতৈ (ইনাৎকী লাইরিকশিং)